ইকাইখুম্নজরবা/ ইকাইখুম্নজরবী

.......................................গী মফমদা

*ঐগী "কনানা কনানো" হায়বা ড্রামাগী লাইরিক অসি খুদোল তমজরি।*

*পাবীরগা অফ-ফত্ত তাকপিরক্রবদি নুংজাইজগনি।*

অইবা

ꣳখুন্দোংবম ইতোচা,
লাইরৈবাক তানখ্রবা নুংশিজরবা পন্থৌগী মফমদা
তমজরি
নচাগী তরুকশুবা সাহিত্যগী খুদোল

"কনানা কনানো"

**ফোংজবী ঃ**
**খুন্দোংবম ওংবী লৈনা (রাইনা),**
**ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপাল,**
**ইম্ফাল।**

কোপী মশীঙ ঃ ১০০০

মমল লুপা ৩০/-
ফোংবা চহিং ঃ এপ্রিল ১৯৯৮ ইং

কনাগুম্বনা শান্নবীনিংলবসু শান্নবীদ্রিঙৈগী মমাংদা অইবদগী অয়াবা লৌবীয়ু।

নম্ফম ঃ **লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল, মণিপুর।**

# থাগৎ ৱাহৈ খরদং

ঐগী "কনানা কনানো" হায়বা ড্রামা অসিগা মরি লৈনবা মখাগী মীওইশিং ওরগেনাইজেসনশিং পুন্নমক্কী মফমদা অইবনা তৌবিমল খংবা উৎচবগা লোয়ননা কোক নোঞ্জরি।

১। রূপমহল থিয়েটর ঃ- ড্রামা অসিবু লৌখৎপীদুনা শান্নবীখিবা রূপমহল থিয়েটরগী থৌদা পুবিরিবা মীওইশিং, আর্টিষ্টশিং অমদি ড্রামা অসিবু লমজীং লমতাকপিখিবা এলঃ ইমোবী লোয়ননা টিয়েটর অসিগী অহল লমলশিং।

২। ড্রামা অসিগী মরমদা অফ ফত্ত কয়া তাকপিদুনা ইবিরকখিবা ঐনা শক খংজবা, খংজদবা ওজাশিং

ক) পোক্লফমদা *নোংমাই পণ্ডিত*

খ) প্রজাতন্ত্র

গ) খোল্লাওদা *নোংয়াই তখেল্লম্বা*

ঘ) ইম্ফালদা *ইম্ফাল তোম্বীসনা*

ঙ) The Imphal Free Press তা *Ibudhou*

চ) হুইয়েন লানপাউ দা *নরান শর্ম্মা*
খাগেমপলি হুইদ্রোম লৈকাই

ময়ান্না ইবিরকখিবশিংদগী লৌখৎচরগা লাইরিকসিদা হাপচবগীদমকসু অইব্বু ভাকপিয়ু।

৩। লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপিরকখিবা নুংশিজরবা ঐগী ইনাও আরঃ কেঃ বুধিমন্ত, কৈসামথোং।

৪। লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা ঐগী নুংশিরবা ইনাও মাইবম রাজেন, লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল, অমদি প্রেসকি ইচিল ইনাওশিং।

পুন্নমক্কি মফমদা অইবনা শিংবা ঙম্মরোইদবা লমল তোনশিঞ্জরবনি।

অইবা

ডিসেম্বর ২,১৯৯৬,

পোক্লফম দা

*নোংমাই পণ্ডিত* -

## রূপমহলগী লীলা 'কনানা কনানো'

খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রনা ইবা অনৌবা লীলানি। চন্ন ফজবা, লায়না হায়বা অদুগা থম্মোয়দদি পালহনবা লীলানি। মনিপুরদা লৈরিবা কাঙলুপ মশেল নুংশিননবা, জাৎ-বিজাৎ খায়দনা অমত্তা ওইনা পুন্না, শান্তি ওইনা হিংমিন্নবগী পাউজেল পীবা ঙম্বা লীলা অমনি। থাজরুদে ব্রোজেন্দ্রনা অসিগুম্বা লীলা ইরক্কনি হায়বা। *'ইচাশা ইপা লম্বোইরগে', 'বর ইন্টরভিউ', 'মৌ ইন্টরভিউ'* অসিনচিংবা ফাগিনা মসলা ওইবা নোক্লিং-লীলা ইবদা হৈনজরবা অইবসিনা থোৎ-নৌরবা থম্মোয়গী কার্চিন্দা চঙদুনা মীনুংশিনা থল্লবা থম্মোয়গী পাউজেল অমা পাউদম্লক্কনি হায়বা। নাগা-কুকিগী মরক্তা নোংমা কাংদনা হাৎন-শুনবা থৌদোকশিং অসিনা অইবগী থম্মোয়দা শোয়দনা চৈনা অমদি পানহল্লম্বা তাই। নহা ওইরিবা শ্রী এলঃ ইমোবীগী ডিরেকসন মখাদা রূপমহলগী কলাকারশিংনা লীলা অসি ফনা নীংথিনা শান্নদুনা পুথোক্লককই। নুংঙাই, রূপমহলসু মতমগী ঈরাঙদা তুমিন্না লৈথোক্তে, করিনো খরা কন্না হায়রকই, লাউরকই থিয়েটরগী পাম্বৈনা, সাহিত্য ওইনা। থিয়েটর হায়বসিদি মতমগী ঈচেন্দা কন্না তাউথগদবনি। চহি অমগী মমাঙদা, চপ মান্নবা থীম অমসুং সমস্যাদা তোংব্রাগী 'নুংজাও কাওনা লঙ্কা মৈচাক্লা' (১৯৫৫) রূপমহলদা শান্নখ্রে। তোংব্রানা বুদ্ধিদা, নৈনবদা, লৈঙাকলোলগী অশোয়বা কন্না উৎনবা হোৎনখিবনা থম্মোয়দা পালহনবা ৱাৎতক থোকখি। তোংব্রাদগী ব্রোজেন্দ্রনা লীলাসিদা থম্মোয়দা কন্না য়েবা, ফাওহনবা অমসুং হাকথেংননা পাউদম্বা ঙম্মী। ব্রোজেন্দ্রনা কাঙলুপ মশেল নুংশিনদবা, হাৎনরিবা অসিগী মরম পুথোক্লবা হোৎনবদা পুক্লিং থোইনা চঙদে। মসিনা মরম ওইদুনা ওইহল্লক্লিবা অৱাবা ফিভমশিং, শোকচিল্লক্লিবা পুন্সিগী মশক উৎনবা হোৎনৈ। চাকখৎলক্লিবা তমথিরবা মৈজাও অসি থুনা মুৎথৎতুনা, চীংমী-তম্মী পুন্না হিংমিন্নসি হায়বগী অকনবা পাউজেল অমা পীনবা হোৎনবদা পুক্লিং থম্মী। . . .

ডিসেম্বর ৩, ১৯৯৬
'প্রজাতন্ত্র' দা

## অথাপ্পা চীংদা চাক্লিবা লাম্মৈ

## মুখৎনবা হোৎনরিবা

## রূপমহলগী "কনানা কনানো"

কল্লবা মতমগী চৈফুদা ঙসিদি ৱাহং কয়া হংলি, পীক্লবা মনিপুরগী পীক্লবা কাংলুপ মশেলগী মরক্তা - হে সনা লৈবাক নংবু কয়া কুইনা অসুম সনা লৈবাক ওইনা লৈখিগদগে? নংগী নশাইগোনসীদা লৈমিন্নরিবা পুন্নমকসিনা মশা মশাগী ৱাখলনা মশা মশাবু লমজীংনখ্রবা মতমসিদা।

ইরমদমসিগী চীংগী লমদমদা পাঙ্গল কল্লবা কাংলুপ ২, নাগা কুকিনা উংখৎনবদগী হেন্দোক্তুনা খুৎ থোক্লরক্লবদা লমদম অসিবু কলাবু য়োকখৎনবা হোৎনরীবা লিরবা থিয়েটর সংস্থান রূপমহল না তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা ঙমখিদে। সোসিয়েল প্লে কয়াবু চংখোন্না অমদি মাইপাক্লা ইখ্রবা খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী খুৎইদা রূপমহলনা পুথোরকই - **কনানা কনানো**? ঐখোয় অমত্তনি করিগী ঐখোয় মশেল হাৎনগদৌরিবনো? চহি চা কয়া লৈমিন্নরক্লবা, ইরৈবাকসিগী মীওই কাংলুপ পুন্নমক পুন্না হিংমিন্নসি হায়বা শান্তিগী পাউজেল পীরকই। চীংদা চাক্লিবা লাম্মৈ অসিবু রূপমহলগী 'কনানা কনানো' হায়বা লিলাসিনা অহিংগী লিক্লাগী শক্তম লৌদুনা মুখৎনবা হোৎনরকই।...

ডিসেম্বর ৬, ১৯৯৬

খোল্লাও দা

*নোংয়াই তখেল্লম্বা*

## "রূপমহলগী কনানা কনানো"

. . . রূপমহলনা চীংগী লাম্মে চাকলিবসি খরমখৈ ফবা ঙমবরা য়েংনবগীদমক "কনানা কনানো" হায়বা লীলা অমা পুথোক্তুনা মনিপুরগী চীংমী তম্মী অনিগী ভাবকশিংদা খুদোল তল্লক্লি। লীলা অসিগী মপুং ওইবা ৱারিদি নাগা কুকি অনিগী মরক্তা লৈনরিবা নুংশিনদবগী মরি অসিনি। রূপমহলনা হায়রি মীওইবা হায়বসি জাৎ তিন্নদ্রবসু হকচাংগী কয়াৎশিংদি চপ মান্নে। মরম করিগী মীওইবা মশেলগী মরক্তা খেন্নবা থমদুনা রাজনিতিগী থরুম লৈনদুনা করিগী হাৎনগদৌরিবা? ৱাহং অসিমক ঙসিগী চীংমী-তম্মী মরুওইনা চীংমী ইচিন ইনাওশিংদা রূপমহলনা হংলি।

নোংমদি মীওইবা ঐখোয়গী হকচাং অসি লৈরোল চনখিগনি নৎত্রগা মৈ থাখিগনি। অদুবু লৈরোল চনবগী মতম অদু ঙাইঙমদনা, মৈ থাবগী তাঞ্জা অদুসু ঙাইঙমদনা ঐখোয় মশেল হাৎনরিবসি ধর্ম্মগী মপু ওইরিবা ঈশ্বর মহাক্না খাংবা ঙমলমগদ্রা? . . .

ডিসেম্বর ৮, ১৯৯৬,

ইম্ফাল দা

*ইম্ফাল তোম্বীসনা*

## "কনানা কনানো"

. . . থিম কয়াগী শক্নোন য়েকখ্রবা অইবা খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী কলমদা য়াওরম্লি ঈংনো চিক্ক, চান্ন-চিম্ননা লৈমিন্নজরম্বা মনিপুর ঙসিদি মীহাৎপুং ওইরে হায়বদগী খুৎমারক্কুনা মরাল লৈজদবা থবায় কয়া হকচাং পোলাং থাদোক্কুনা চৎখ্রে, কয়া ১না পোলাং থাঙমদ অশিবগা লাম্থেংনরি হায়বদগী 'কনানা কনানো'।

অইবা খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী চপ মান্নবা মীওয়পোক্লক্তা ঐনা অদুনি মানা অদানি খায়দোক্লবগী খুরবা মিৎয়েংখাদা ১/১ গা নুংশিননা হিংবা পুন্সি মরেলশিংদা মিৎয়েং শাংথনা তারকঙমদবদগী মৈজাওসিনা ঐখোয়বু কদায়ফাওবা তুমহনগদৌরি? ঐখোয় মীনি, মীগা মীগা খেন্নদে। জাৎ বীজাৎ কনানো কনানো। ঐখোয় পুন্নমক ঈশ্বরগী মচা ঙাক্তনি। চাক্লিবা মৈজাওসি মুথৎমিন্নসি, চীংমী তম্মী পুন্না হিংমিন্নখিসি হায়বগী তুরৈদা চেম্থরকপা কলমগী ঈচেল রূপমহলগী চোকথরকত্রিবা আর্তিষ্টশিংনা ঈচেল ফাংহন্দনা পম্থুং য়ৌনা চেম্থহনখি। . . .

Monday, December 9, 1996
**The Imphal Free Press,**
*IBUDHOU*

## Another enchanting play from the Roopmahal's Assembly line

Yet Rupmahal Theatre's new production on **Kanana Kanano** (who is who) carries the hallmark of the Group – a simplicity of style that is at piercingly eloquent.

The story line is simple and straight- forward. It tells of the ethnic carnage between the Nagas and the Kukis and the dilemma the third major community the Meiteis have been thrown into ...

Throughout the play the immediacy of the problem at hand is never allowed to stray out of sight, so much so that the message registers not just in the mind but also in the heart.

Mind — because the play vividly articulates the destruction and madness of the ethnic carnage in the hills. And heart — because the appeal for peace is less in the nature of a warning of a holocaust but an earnest plea to the humanity in everyman's heart.

ডিসেম্বর ১৭, ১৯৯৬

**হুইয়েন লানপাউ দা**

*নরান শর্ম্মা*

খাগেমপলি, হুইদ্রোম লৈকাই,

## রূপমহলগী অনৌবা খুদোল

## "কনানা কনানো"

মনিপুরসি অইংবা লৈবাক অমা ওইদ্রে। মীহাৎ মীপুল, য়ুম মৈ থাবা অমসুং কাংলুপকি হাৎনা-থিন্নবগী মীকপ মীরাওখোলনা অতিয়া পক্লে। সরকার, লনাই সংস্থান অমসুং তোঙান তোঙানবা মাইকৈ কয়াদগী লাইনা অসিগী হিদাক থিনরক্লি। অদুবু অরিবা অনাবদা হিদাক্ল পাক চংবা ঙমদবগুম কান্নফম খঙদনা লৈরি।

রূপমহল থিয়েটরগী হৌজিক হৌজিক চৎথরিবা অনৌবা লীলা "কনানা কনানো"? হায়বসিসু লাইনা অসিগীদমক্তা থারক্লিবা হিদাক অমনি। অইবা শরুাইরবা খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রো, লমজিং লমতাকপা রূপমহলগী মচিন তুমখৎলক্লিবা এল, ইমোবী।

লীলা অসিদা রূপমহলনা লাওরকই—মৈজাওসিনা ঐখোয়বু কদায়ফাওবা তুমহনগদৌরিবা? ঐখোয় মীনি; মীনা মীগা খেন্নদে। ঐখোয় পুন্নমক ঈশ্বরগী মচা ঙাক্তনি, চাক্লিবা মৈজাওসি মুখৎমিন্নসি, চীংমী তম্মী পুন্না হিংমিন্নখিসি, লাওরক্লিবসি ঐখোয় মনিপুরখক্তগী নত্তে। অতম্মনা জাতি খরগী মীওই কাংলুপ খরতগীদমক্তসু নত্তে। মালেম পুম্বগীনি, মীওইবা জাতি খুদিঙমক্কিনি। অদুবু মনিপুরগী চীংগী লমদমদা নাগা অমসুং কুকি ইচিল ইনাও হাৎনবদা খুদম ওইরগা পুথোকপতনি।

# রূপমহল থিয়েটরনা

## অহানবা পুথোকপিখিবা

### নবেম্বর তাং ১৩ শক ১৯৯৬, (য়ুমশকৈশ)

### ড্রামাসিদা শক্তম লাওবীখিবা
### রূপমহল থিয়েটরগী
### কলাকারশিং

নুপা

| | | |
|---|---|---|
| ১) | ইবোহল | তেজকুমার |
| ২) | সনাতোম্বা | ভুপেন |
| ৩) | মাইকেল | জয় |
| ৪) | জেমস | বীশ্বামিত্র/বীরেন |
| ৫) | জোন | জীনেশ্বর |
| ৬) | ঝাওম | দরেন্দ্র |
| ৭) | লৈশন | লক্ষিকুমার শর্ম্মা |
| ৮) | চাওবা | থোইবা |
| ৯) | ASI | রামচরন/অজয়চান্দ |
| ১০) | ডাক্তর | বীরেন |

নুপী

| | | |
|---|---|---|
| ১) | এলিজাবেদ | মীনাকুমারি |
| ২) | লিলি | নির্মালা/বীজয়া |
| ৩) | রোজী | হরিপ্রিয়া/মলয়া |

## CREDITS

| | |
|---|---|
| ঈশৈ ময়েক | ব্রজমোহন |
| প্লে বেক শীঙ্গর | প্রেমিলা |
| মেক অপ | জাদুমনি, বীরেন |
| মিউজিক | কুঞ্জ |
| সাউন্দ | হোমেন |
| ষ্টেজ এন্দ লাইট | হেমন্ত |
| দ্রেশ, কসত্যুম | সোমোরেন্দ্রো |
| ডাইরেক্তর | এল, ইমোবী |

খুন্দোংবম
ব্রোজেন্দ্রোগী

# " কনানা কনানো "

## (ড্রামা)

## CAST OF CHARACTERS

### MALE

| | | |
|---|---|---|
| ১) | ইবোহল | সোসিয়েল বার্কর অমা |
| ২) | সনাতোম্বা | ইবোহলগী মচানিপা |
| ৩) | মাইকেল | কুকি, আইঃএঃএসঃ ওফিসার |
| ৫) | জোন | মাইকেলগী মচানিপা, পুলিস ইন্সপেক্তর |
| ৬) | রাঙম | নাগা অহল অমা |
| ৭) | লৈশন | নাগা নহা অমা |
| ৮) | নোংমৈ পায়বা পুলিস, নাগা খরা, কুকি খরা, ডাক্তর অমা | |

### FEMALE

| | | |
|---|---|---|
| ১) | রোজী | রাঙমগী মচানুপী |
| ২) | এলিজাবেদ | মাইকেলগী নুপী |
| ৩) | লিলি | মাইকেলগী মচানুপী |

# "কনানা কনানো"

**অহানবা তাঙ্কক**

**অহানবা উৎপা**

চীঙজাও অমগী লোয়রোই হায়থরকপা চীঙমায়নি।

অথেঙবা অহীঙগী অচিকপা মতমনি।

অরাপ্পদা হুইশিংনা কন্না কন্না খোংই। অহীঙগী অমম্বদুদা ইউনিফোর্ম শেৎপা নোংমৈ পায়বা মীওই ১০ মুক পাকথ পাকথ চঙ্‌ঙকই। খরা অমনা মনুঙদা চঙখি। মনুঙদগী য়ুম মৈ চাকপগী মৈঙাল ফাওরকই। মনুঙদগী ইউনিফোর্ম শেৎপশিংদু চেপ্পোরকই। চীঙচেপ্তা পাকথৈ। মনুঙদা মীয়াম লাঙনরকই, লাও খোংনরকই। মীকপ মীরাওখোল মরক্তুদা ইউনিফোর্ম শেৎপা মীওইশিংদুনা নোংমৈনা কবোক পোকপগুম কাপশিল্লি। চেপ্পোরকপা মীওই কয়া নোংমৈ মরুনা পানবদগী লোংনা লোংনা হায়থদুনা শিনরি।

ইউনিফোর্ম শেৎপা মীওইশিংদুনা তুং হন্না হন্না নোংমৈ কাপ্পা কাপ্পা থোকখি। মনুঙদগীসু নোংমৈ কাপ্পকই।

নাকল অমরোমদগী মীয়াই চপ্লবী তাংখুল নুপী অমা চেপ্পোরকই। নুপীদু নোংমৈ মরুগী চৈনাখোল ফংবদগী তুথখি।

রোজী : (মনুঙদগী লাওনা) অবি, অবি নঙবু কতায়তনো? অবা, অবি লৈতে।

বাঙম : (মনুঙদগী) থর্মিলা, থর্মিলা (চেহ্নোরকই, থর্মিলাবু উই)

থর্মিলা - (চঙশিল্লি নোংমৈ কাপশিল্লকই, বাঙমদা পানবদগী বাঙম তুথখি)

রোজী : (মনুংদগী) অবা

বাঙম : (য়াম্না বানা) রোজী, নঙ থোরক্কনু

রোজী : অবা (চেহ্নোরকই) অবা, অবা - (মমাবু উরকই) অবি। (মমাদা কোনশিল্লি) অবি, অবি (কপ্পি)

(নোংমৈ কাপ্পগী মখোল মরক মরক্তা তাম্না তারি)

(লাওনা; কপ্না) নখোয় হিংচাপরা? ঐপুসু নোংমৈনা কাপ্তপা করিকিরা? ঐপুসু শিহল্লু। নখোয় নপুক ফত্তবা - ঐপু করিকি থমপরা? ঐখোয়পু লোয়না হাৎলু। মী ফত্তবশা, ঐখোয়সু নখোয়কুম্বা ঙাক্তনি। করিকি ঐখোয়পু মী নত্তবগুম খনপরা?

বাঙম : রোজী, নঙনা করিকি লাওপরা?

রোজী : (কপ্না) অবা, অবিসি করিকি বা ঙাংতপরা?
অবি (মমাদা কোনশিল্লগা মখোল হিক্লা কপ্পি)

(মৈঙাল শিথখিবগা লোয়ননা নোং খরা খরা ঙাহ্নোরকই)

ওফতগী খোঞ্জেল অমনা:

ভারতকি নোংপোক চিদায়দা পীক্রবা চীঙলৈবাক মনিপুর পৃথিবীগী নন্দন কানন্নি হায়নরম্বা মফমসিদা জাৎ তিন্নদবা কাঙলুপ কয়ানা নুংশি চান্না চিন্ননা হিংমিন্নরম্বদগী খঙহৌদনা মৈগী চীঙ পোকখায়রকপগুম নোংমা খঙহৌদনা কাঙলুপ মশেল নুংশিনদবগী ঈরাং অমনা মাইকৈ সলাই খংদনা পোখায়রকখি। কাঙলুপকি ঈরাং মৈরিলক্তা মরাল লৈজদবা মীওই কয়াগী হকচাং কয়া উৎ ওলহনখি। কাঙলুপকি য়েংথিনবগী মৈচাক ফনা চাকখৎলকলিবা মৈজাওসিদা শীঙ য়াঙশিনবদি ঙসিসু লেপ্পা লৈত্রি। মরাল লৈজদবা থবাই কয়া অমা হকচাং পোলাং থাদোক্তুনা চৎখরে। কয়া অমনা হকচাং পোলাং থাঙমদ অশিবগা লাম্ভেংনরি।

 [redacted]

বাঙম : রোজী অবাদি য়াম্না বারেতা।

(থর্মিলাগী মখুৎ পায়রগা) থর্মিলা নঙতি লুংঙাইনা তুম্মেতো।

রোজী : (কপ্পা) অবা, ঐখোয়না করি লানপরনে? য়ুমসু লোয়না মৈনা চাকপা, মীসু লোয়না শিপা - অসিবু করিকি ওইপরনে অবা?

(হবাগাড়ি ময়াম থৌরকপগী মখোল, মখোল লেপখি, রোজীনা ঙক্না য়েংঙি)

অবা, সিফাই ময়াম লাকএ। সিফাই লাকপদি ঐখোয়বু ফাগদরা অবা?

বাঙম : (ফিংনা) রোজী নঙ চেনখরো, নঙ লোৎখরো, রোজী, নঙ লোৎখরো।

রোজী : ঐ নখোয়বু থাদোক্কুনা চৎপা ঙম্মোইনে অবা।

বাঙম : ঐখোয়দি শিরবসু নঙতদি চেনখরো।

(ইন্সপেক্তর জেমসনা লুচীংদুনা নোংমৈ পায়বা সিপাহি ময়াম অমা চংঙকই)

জেমস : অশোকপা ময়ামসি গাড়িদা থাঙ্গৎলু। Hurry up.

(রোজীগী মনাক্তা চংশিল্লি, রোজীনা জেমসতা কিনা য়েংই)

মখোয়সি নঙগী ইপাগা ইমাগরা?

রোজী : (কিনা) মান্নি।

(জেমসনা থর্মিলাগী মঙক্তা মখুৎনা থমদুনা য়েংঙি)

নঙগী ইমাসিদি শিরে। ইপাগীদি পাম্বোমসি নত্তবা অতৈদি শোক্তবরা?

বাঙম : শোক্তে।

জেমস : (লাওনা ) কনানোমা লাও অহলসি গাড়িদা হাপকৎসি।

(কন্সতেবল অনি চঙশিল্লকই, বাঙমবু থাংদুনা পুথোকখি)

রোজী : অবিদি চীঙমাইসিদা অতুম হুন্তোক্তরা?



জেমস : হন্দোকওই। অশিবা ময়ামসি পুল্লপ পুনশিল্লগা ফুমগনি।
নঙসু চৎসি লাকও।

রোজী : ঐদি কতায় চৎকতরা?

জেমস : নঙগী ইপাগী তুং ইল্লোয় হায়বরা?

রোজী : (মমাদা য়েঙঙগা) অবি (কপ্পা ) নঙতি নঙকি নপাঙ কনাসু য়াওতনা চীক্রবা চীঙমাইসিতা লৈহৌবা তারেতো। অবি -
(চেনশিন্দুনা মমাদা কোনশিল্লগা কপ্পি।)

(মৈ মমশিনখি )

# অনিশুবা উৎপা

মফম : ড্রোইং রুম।

কুকিগী য়ুমগী ওইবা লৈতেঙ মফম চানা চানা লৈ।

মতম : অয়ুক।

মাইকেল তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্বদগী হৌগৎলগা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। এলিজাবেদ থোরকই, মাইকেলদা মুন্না য়েংদুনা লৈ।

এলিজাবেদ : মাইকেল, নঙ করি তৌবরা? নোংঙানবদগী অদুন্না অদুম তৌদুনা লৈবা করিগীরা?

মাইকেল : (শাওনা) নঙ - নঙগী নচা জেমসকি মরমদা করিসু খঙদবা নত্রা?

এলিজাবেদ : খঙদববু করন্না খঙ্ঙু হায়বনো?

মাইকেল : এলিজাবেদ, নঙ ৱা লোৎকনু। খঙনা খঙনা খঙদবা শাগনু।

এলিজাবেদ : মাইকেল নঙ অঙাওবা মাল্লে। ঐখোয়গী জেমস পুলিস ওফিসার অমনি। মহাক Responsible person অমনি। He knows what to do.

মাইকেল : ঐনা হায়বদি ঐখোয় কুকিনি। কুকিগা নাগাগা হাৎনরিবসি মহাক খঙদবরা? মমিৎনা উনা উনা করিগী নাগা নুপী অমবু মাগী নুপী ওইনা থম্বনো? ঐ য়ানিংদে।

এলিজাবেদ : নঙগী ৱাদু ঐ তানিংদে মাইকেল। নঙগী ৱাদু অশেঙবনি অরানবনি হায়বসি হান্নবা কনফার্ম তৌখো।

নঙ IAS ওফিসারনি। IAS ওফিসার অমনা মীগী কনাগুম্বশিংগী hear-say দা থাজদুনা ৱা ঙাংবদি অচুম্বা ওইদে।

মাইকেল : ঐগীসিদি hear-say নত্তে। I have already confirmed it. মসি পুন্নমকসি নঙনা তৌহনবনি।

এলিজাবেদ : নঙগী নচানা ফত্তবা থবক তৌরগা ঐঙোন্দা তায়নগনু।

মাইকেল : নঙননি, নঙনা ইনশিনবনি। অদুবু এলিজাবেদ, ঐগী হকচাংদদি কুকিগী blood চেনবনি। জেমসনা নাগা নুপী লৌবদি ঐদি য়ারোই নঙ খঙঙু।

(শাওনা চঙখি)

এলিজাবেদ : (মতোমতা) অঙাওবা, মাগী মচানা তৌববু ঐনা ইনশিনবনি হায়বা ঙম্বা নুপা অঙাওবা।

(সোফাদা ফমথৈ, জোন থোরকই)

জোন : মম্মি, লুপা ৫০ পীয়ো। Fifty Rupees.

এলিজাবেদ : করিগী Fifty রা? লৈতে।

জোন : পীদবা য়ারোইদা। I Know you have the money.

এলিজাবেদ : লৈতেকো। ঐঙোন্দা হায়গনু নঙগী দেদিদা হায়য়ু।

জোন : দেদিদা হায়রোই।

এলিজাবেদ : করিগীরা নঙনা নিতিগী পৈশা হায়বা?

জোন : মরমগী হায়বনিনা।





এলিজাবেদ : অদুবু করি মরমনো?

জোন : মম্মি, পৈশাবু লম্বীদা চায়দুনা শান্নবা য়াবরা?

এলিজাবেদ : ক্যা চাবা, সিগরেটস, য়ু, ড্রগশিংদা শিজিন্নখিবা পৈশাশিংদু কান্নবা মরমনি হায়বা য়াবরা?

জোন : I don't smoke. ঐ drug শিজিন্নদে।

এলিজাবেদ : মদুনা নঙনা হায়বনি। I don't know what you do outside this house. (য়ুমদগী মপান থোকখ্রগা নঙনা করি তৌবা ঐ খঙদে।)

জোন : Mummy, you are a brute.

এলিজাবেদ : You can call me whatever you like but I am not giving you the money. (নঙনা হায়নিংবা হায়য়ু ঐদি নঙোন্দা পৈশাদি পীরোই।)

জোন : মম্মিনা পৈশা পীদ্রবদি ঐ মীগী Pocket মার তৌগনি। মীনা ঐবু Pick Pocket নি হায়দুনা ময়াম চংদুনা ফারগা ফুবদু মম্মি না নুংঙাইগনি হায়বরা?

এলিজাবেদ : ঐনা নঙোন্দা Pick Pocket ওইয়ু হায়বরা?

জোন : মম্মিনা পৈশা পীয়ু য়াদ্রবদি ওইবা তাবনি।

এলিজাবেদ : অদুদি বাজারদা Pick Pocket ওইরিবা, সাইকল হুরাল্লিবা পুন্নমক মখোয়গী Parents শিংনা পৈশা পীদবগীরা?

জোন : Majority of them, yes.

এলিজাবেদ : নচিন থীগনু। মচাশিংনা পীয়ু হায়রগা পৈশা পীবা ঙমদবা মমা মপা লাইরবা ওইরবদি করম তৌগদ্রা।

(মাইকেল থোরকই)

জোন : মখোয় করিগী লাইররীবনো? মখোয়বু মচাশিংদুনা লাইরনবদি হায়রম্মোইদা।

মাইকেল : (শাওনা) এলিজাবেদ, ঐগী লীচৈদু পুথোরকউ।

জোন : ঐঙোন্দা ফুবগীরা? ঐঙোন্দদি ফুজৌনা। মচা পোকথোকঅগা মচাবু নুংশিবা খওদবা মম্মি দেদিগী মচা ওইরুবা ঐনা লানবনি। ঐসু ঐগী মম্মিনি হায়ফম থোকপরা খনবগী হায়বনি। পীদ্রগদি পীদ্রেদনা। I demand Rupees fifty only. মীঙোন্দদি মী শিবগীসু, অঙাং পোকপগীসু, Marriage তৌবগীসু লুপা ৫০০/১০০০ পীথোকই। ঐগী fifty দি - O.K.

(জোন চণ্ডখি)

এলিজাবেদ : করিগীরা মানা ইমুঙ চণ্ডবসে?

(জোন লীচৈ পুরগা থোরকই)

জোন : (মাইকেলদা)Take it Daddy.

(মীচৈ পী, মাইকেলনা লৌই)

মাইকেল : লীচৈসু চাবা, পৈশাসু ফংদবনিনে নঙনা পাম্মীবসে? নত্রা? লম হেল্লবদি খরা নাবা তাবনি।

(ফুগদবগী লীচৈ হায়গৎলি)

এলিজাবেদ : (জোনগী মমাঙদা লেপ্লগা) করিনো, মাইকেল নঙ ঙাওবরা? চৈ কিদবা মীদা ফুবদি করি কান্নগনি?

(লুপা ৫০ পুথোকত্তুনা পী, জোন্না লৌরগা নোক্তুনা চেঙ্খোকখি)

মাইকেল : উরবরা নোক্লগা চেনখ্রিবসে? মাগী পৈশাদি হয়েঙসু পীয়ু হায়রক্কনি। কয়াম কুইনা নঙনা মানা হায়বা খুদিঙ পীবা ঙমগনি?

জেমসনা ফত্তবা থবক তৌবসু নঙনা তৌহনবনি হায়বসিসু নঙ য়ারোকো।

এলিজাবেদ : মাইকেল, নঙ মদু হায়গনু। ঙরাং নহান্দনি চীঙদা ঐগী মী কয়া য়ুম মৈ থাদুনা হাৎখিবা। অদুগা ঐনা করিগী জেমসতা নাগা লৌননবা ইনশিনগদরা? নঙগী নচানা ফত্তবা থবক তৌরগা ঐঙোন্দা করিগী তায়নবা? নপুক ফত্তবা নুপানি নঙ।



(মাইকেল থোকখি)

নঙবু ফত্তে হায়রবদি শাওবরা? (মতোমতা) মমা শিখিবা মচানা ফত্তবা থবক তৌবা মচাশিংদুদি কনাদা তায়নগদরা? শিগ্রবা মমাদা তায়নগদরা?

(সোফাদা ফমথৈ)

হৌজিকপু মমা মপানা হায়বদা য়াবীবা মচাবু লৈরিবরা?

(লিলি থোরকই)

লিলি : মম্মি, করি তৌরে? নথন্ত করিগী পঙাংদা ঙাংবরা?

এলিজাবেদ : নখোয়গী দেদিনা ঐবু চৈবনি, নঙগী নবুঙ জেমসনা নাগা নুপী লৌই হায়বগীসু ঐঙোন্দা তায়শিনবনি।

লিলি : ঐখোয়গী জেমসনা নাগা নুপী লৌই হায়বদি কনানা হায়বরা?

এলিজাবেদ : মদুসু নখোয়গী দেদিনা হায়বনি।

(কোল্লিঙ বেল খিংঙকই)

কনা অমুক লাকপরা?

(থোঙ হাঙদোকঅগা য়েঙ্ঙিঙ)

এ! তাদা ইবোহল, লেঙশিনবীরকউ।

(ইবোহল চংঙকই)

তাদা ফম্বীয়ু। লিলি পাবুংগী চা পুরকউ।

ইবোহল : (ফম্মী) নুংঙাইরিদনা নখোয়দি?

লিলি : নুংঙাইরি পাবুঙ। (লিলি চঙখি)

এলিজাবেদ : তাদদি কদায় চৎলুবরা?

ইবোহল : ঐদি নখোয়গী য়ুমসি য়ৌননবা য়ুমদগী চুমদ্রিং লাকপনি। মাইকেলদি লৈতবরা?

এলিজাবেদ : Sunday নিনা Church তা চৎলমগনি।

ইবোহল : চুম্মীনে, ঙসি Sunday নিনে। মানা Church চৎলমগনি হায়বদি ঐদি ভাব ওইরুদরে। Sunday দি ছুটিনি, সিগী ভাবতা লাকইবনি।

(লিলি চা পুদুনা থোরকই)

লিলি : পাবুঙ চা পায়বীয়ু । (তেবলদা চা থম্মী)

ইবোহল : আ ইচানুপী লিলি, নখোয়গী দেদিদু অমুক্তং উন্ননিংদুনা লাকপনি, লৈরমদ্রে। ঙসিদি ইচানুপীনা লোনবা চা থকঅগা হনবদা তাখ্রেদনা। (চা পায়খৎলি)

নঙবু করিনো থবক অমা তৌরে হায়না তাখিবদুবো?

এলিজাবেদ : ওজা ওইরে।

ইবোহল : য়াম্না ফরবনি। নুপীগী খ্বাইদগী ফবা শিনফমদি ওজা ওইবনি। মরম মোকউ লিলি; মম্মি, দেদিনা হায়বা ইল্লু। হৌজিকসিদি নুপা হায়বা লৈতে, নুপী হায়বা লৈতে চপ মান্নরবনি।

লিলি : ঐ পাবুঙ। (লিলি চঙখি)

ইবোহল : এলিজাবেদ, মঙগী নচানুপীসি ফজেনেহে।

এলিজাবেদ : (নোক্লগা) কদায়দগী ফজবরা?

ইবোহল : ইমৌ ওইজরগে ঐঙোন্দা পীরোদনা।

এলিজাবেদ : লৌবীরো। তাদগী নচানুপা স্নাতোত্বদা পীদনা কনাদা পীগনি। অদুদা তাদা ইবোহল . . .

ইবোহল : অদুদা কৈদৌরবা?

এলিজাবেদ : ঐখোয়না কুকিনিদো, তাদখোয়না মৈতৈনিদো . . .

ইবোহল : (হৌগৎলি, শাওনা) নঙগী ৰাদু ঙসিদি হায়খ্রে, মতুংদা অমুক হন্না হায়গনুকো। ঙসিগী মতুংদা ঐনা মৈতৈনি, নঙনা কুকিনি, মানা নাগানি হায়দুনা নুংশিনদবগী ৰাঙাং তৌরক্লবদি ঐবু ফত্তে হায়গনু। ঐঙোন্দদি জাৎ তিন্নদবগী ৰাফম লৈতে, ঐখোয় পুন্নমক মী ঙাক্তনি। মনিপুরসিবু কনাগীনো? হাও, ময়াঙ, পাঙল,





মৈত্তে পুম্নমক ইমুঙসিগী মী ঙাক্তুনি। ঐখোয় মশেল য়েঙথিনরগা ঐখোয়গী তোঙজবসি করিনো?

এলিজাবেদ : তাদা ইবোহল, I am very sorry. ঐ য়াম্না লানখ্রে, ঐবু ঙাকপিয়ু।

ইবোহল : ইচন নুপী, ঙাকপিবদি করিসু নত্তে। অদুবু ঙসি মনিপুরসিদা নাগা, কুকি হাৎনরিবসি ঐগী মীগী হায়বা খুখ্রবা মিৎয়েঙ অমদগীনি হায়বসিদি নখোয়সু খঙলমগনি।

ঐনা ঙসি লাকলিবসি অতে করিগীসু নত্তে, জেমসকি বা অমা হায়গে হায়দুনা লাকপনি।

এলিজাবেদ : (খঙনিংনা) করি বানো তাদা?

ইবোহল : জেমসনা নাগা নুপী অমা Church তা লুহোঙদুনা লৌরে।

এলিজাবেদ : আ (শাওনা) মদুগীদমক্কি, মাইকেলনা জেমসতা শাওরিবসি, ঐবুসু মাইকেলনা শাওবনি।

ইবোহল : ঐ নখোয়গী বাখলদু য়ানিংদে। নখোয়গী নচানুপা জেমসনা পামজদুনা লৌরিবা নমৌদু নুপীনি। নুপীদি মী নত্তে হায়গদৌরিবরা?

ইচন নুপী, মাইকেলদা জেমসকা নমৌনুপীদুগা লৌশিনবীয়ু হায়য়ু। মানা করিগুম্বদা, মমৌনুপীদু লৌশিল্লোয় হায়রবদি পীশক পীক্লিঙৈদগী তিন্নরক্লবা মাগা ঐগসু কায়নবা তারবনি।

এলিজাবেদ : তাদদি ঐঙোন্দসু শাওবরা?

(লিলি থোরকই)

ইবোহল : ঐ কনাদসু শাওদে। নখোয়না পামজনা নিংজরিবা Jesus Christ- নদি নাগানি, কুকিনি হায়দুনা অচান মীরাইদি নায়রম্মোই।

ইচানুপী লিলি।

লিলি : পাবুঙ।

ইবোহল : পাবুঙ চৎলগে। নঙগী দেদি লাকঅগা নঙগী নবুঙ জেমসকা মাগী নুপীদুগা য়াম্না থুনা লৌশিল্লু হায়য়ুকো।

লিলি : হায়গে পাবুঙ।

ইবোহল : ঐ য়ৌরগে। ইচন নুপী ঐ য়ৌরগেকো।

(ইবোহল থোকখি)

লিলি : (শাওনা) মম্মিনা পাবুঙদা করিগী নাগা কুকিগী ৱা হায়বনো?

এলিজাবেদ : হায়দবা য়াদবনি। খৎরিবা, শিনরিবা ময়ামসি নঙদি তাদবরা? ঐগী মরি মতা ময়াম অমা শিখিবদু ঙরাংদা নত্তবরা?

লিলি : মম্মি, জাৎ, কাঙলুপ কাঙলুপ নায়বসি ঐদি য়ানিংদে। হাৎনবা, খৎনবা হায়বসিদি অপঙবা ৱাখল য়াওদবশিংগী থবক্নি।

এলিজাবেদ : নঙগী ৱাদু তানিংদবা ৱানি, লিলি। ঐখোয় কুকিনি নঙ কাউগনু। ঐখোয় হিংবা তারবদি কুকি ওইনা হিংবা তাবনি।

লিলি : হিংবগীদি কুকি ওইনা হিংলবসু কুকি নত্তবশিংবু মী নত্তবগুম্না খনবদি লানগনি মম্মি।

এলিজাবেদ : মখোয়না ঐখোয়বু হাৎলিবা, খুল মৈ থারিবসিদি নঙ য়ানিংবরা?

লিলি : ঐনা য়ানিংবগী ৱা নত্তে মম্মি। কুকিনসু নাগাগী খুল মৈ থাদুনা মী হাৎলিবসিদি। মখোয়সু লাল্লি, ঐখোয়সু লাল্লি। ঐখোয় মী ঙাক্তনিনে।

(জীপ থৌজিল্লকপগী মখোল)

এলিজাবেদ : জেমসকি গাড়ি মখোল মানবরা?

লিলি : ওইরমগনি।

(জেমস চংঙকই, ইমুংঙদা চঙখিগে তৌই)

এলিজাবেদ : জেমস।

জেমস : (লেপ্লগা) মম্মি।

এলিজাবেদ : নঙনা তৌরিবসি করিনো?

জেমস : ঐনা করি তৌরে?





এলিজাবেদ : শেঙনা শেঙনা হায়য়ু জেমস।

জেমস : করিবুনো ঐনা শেঙনা হায়গদৌরিবসি?

এলিজাবেদ : নঙগী ক্বার্টরদা কনা কনা থম্বা?

জেমস : মস্মি, চীঙদদি মী হাৎনবগী ঈরাঙ লেপ্পা লৈতনা চত্থরি হায়বসি মম্মিদি তাদবরা? ঙায়হাক লৈতনা নাগানা কুকিগী খুল মৈ থাদোক্কনি, কুকিনা নাগাগী খুল মৈ থাদোক্কনি। মীসু তুন্না তুন্না হাৎপনি। নুমিৎ খরানিগী মমাঙদসু নাগাগী খুল অমা য়ুমসু মৈ লোয়না থাদোকপিখিবা, মীসু লোয়না হাৎপীখিবনি। অদুবু নুপা অমদি মখুৎ য়েৎ কক্লগা হিংহৌবনি।

এলিজাবেদ : নঙগী ৱারিদুদা ঐদি ইন্টরেষ্ট লৌদে। নঙগী ৱারিদুনা নঙগী নরাল কুপশিনবদি য়ারোই।

জেমস : নুপাদুগী মচানুপী লৈশা অমসু হিংহৌই। মমিংনা রোজী কৌই।

এলিজাবেদ : নঙগী দেদিনা হায়বদি চুম্মীদনা।

জেমস : খুলগী য়ুম তুন্না মৈ চাকখ্রবা, মপাঙ্গলনা নোম্মগা চাজবা মহাক্কি য়েৎথংবা মপাম্বোমসু ককখ্রগা, মম্মি, মখোয়গী হিংননবগী লম্বীসি কদায়দনো?

এলিজাবেদ : নঙনা হায়বসিদি মখোয়গী মপুকসু নঙনা পীবনি?

জেমস : মদু নত্রবদি মখোয়দি করি চারগা হিংগনি?

এলিজাবেদ : অদুদি চীঙগী ঈরাঙদা হিংহৌরিবা মখোয়গুম্বা কয়া অমা লৈরিবশিংসিসু নঙনা লোয়না চাবা পীরোদনা।

জেমস : মদুসু ঙম্মোই। অদুবু মম্মি, ঐগী মিৎমাঙমক্তদা চরা হেন্দুনা শিবদুদি ঐহাক য়েঙদুনা লৈহৌবদি ঙম্মোই। চরা হেন্দুনা শিদনবগীদমক মচানুপী লৈশাদুনা লৈখা তারকপদুসু ঐহাক খনবা ঙম্মোই।

এলিজাবেদ : করিসু নত্তবদা পুকচেল চাওবা সাদুনা নশাগী পুক্সিবু লৈখা তানবা হোৎনগনু। নঙনা তৌরিবা থবকসি, নঙনা চৎলিবা লীচৎসি ঐখোয় পামদে।

জেমস : মম্মিখোয় দেদিখোয়গী ব্বাখলগা ঐগী ব্বাখলগদি মান্নদেদ্দনা।

এলিজাবেদ : (শাওনা) নহাকসু মখোয়গীদমক শিগে হায়বরা? করিসু লৈতবী লৈশা অদুগীদমক নঙগী পুন্সিবু করিসু নত্তবগুম খনবা ঙম্বা নঙদি অশিঙবা মী কৌগদরা?

জেমস : ইমাঙমক্তদা ঈরাক্লদুনা শিগদৌরবা মীবু সুম য়েঙদুনা লৈথোক্লদরা?

এলিজাবেদ : মখোয়দু ঈরাক্লবদি নত্তেদনা।

জেমস : ঈরাক্লবদগী হেন্নবনি। ঐনা নোংমত্তং য়েঙবীদবদা ঈশিঙ মনুঙদা লুপশ্লগদবনি।

এলিজাবেদ : জেমস, জাৎ তিন্নদবা মখোয় অদুগীদমক নঙনা নঙগী পুন্সিবু অরেম্বদা মাঙহনগনু।

জেমস : মম্মি, মখোয়সু মীনি। পুন্নমক মপু মানা শেম্বীরকপনি। জাৎ তিন্নদবা মখোয়গী ঈগী মচুনা তোঙানবা নত্তে। ঈগী মচুদি অমত্তনি।

এলিজাবেদ : জেমস নঙ ঙাওরে। নঙ তশেঙনা ঙাওরে। অফবা ফত্তবা অনিগী খেন্নবা নঙ হায়বা ঙমদ্রে।

জেমস : অফবনা করিনো, ফত্তবনা কদায়নো? পৈশা পায়বা ইনাকখুনবশিংদনা মী ওইবরা? চরা হেনবা, শেগায়বা অমোৎপা ফি শেৎপা, কাঙলুপকি ঈরাঙদা অব্বাবা তারবা, হিংননবগী লানফমদা চরা অমত্তং ফংননবা লাম্থেংনরিবা মখোয় অদুদি মী নত্তে হায়রিবরা? কনানা মীনো, কনানা মী নত্তবনো?

এলিজাবেদ : নঙগী ব্বাদু তানিংদবা ব্বানি।

জেমস : তানিংদবা য়ারোই মম্মি। মখুৎ তৎলবা অহল অদুগী মরাল করিনো? মচানুপীদুনা কনাদা করি লানখিবগীদমক্তনো মানা ঙসি থেংনরিবা অব্বাবশিংসি? মানা নাগা ওইনা পোকপগীরা?

এলিজাবেদ : জেমস নঙ নাকল অমখক্তদা য়েঙবা মীনি। নঙনা ঐখোয় কুকিশিংগী অব্বাবশিংদুদি উদে।

জেমস : মরাইবক থীরবা, মশাগী মরালসু নত্তনা অৱাবা নওলবা মখোয় অদুদা মীনুংশি খজিক্তং উৎলুবগীদমক ঐবু অপঙবা তাহল্লবনি।

এলিজাবেদ : মান্নি, নঙ অপঙবনি। নাগাদ নত্তে কুকিশিংদসু অৱাবা তারবা, ময়ুম লৈতদনা রিফিউজী কেম্পতা মশীঙ য়াম্না লৈ হায়বা নঙদি খঙদে।

অপঙবা, নঙগী দেদি করি ওইরি খঙদবরা? নঙগী দেদিগী prestige সু য়েঙদবা নঙবু প্লান তাবা মীরা? নঙগী দেদিগী লৈরিবা Friends শিং, ঐখোয়গী relatives ময়াম, মরুওইনা ঐখোয়গী জাত্তিনা ঐখোয়বু করি হায়খিগনি? নঙনা লাইরিক হৈবা, পুলিস ইন্সপেক্তর ওইবা নঙগী কোক্তু পংথনবদি নত্তেনা।

জেমস : মম্মিসু অচাওরম পাম্বা দেদিগী নাপল চাউবী মম্মিনি হায়বদি ঐদি নহালমখৈ খঙজ্জুদে।

এলিজাবেদ : নহালমখৈ খঙদ্রবসু ঙসিদি খঙঙু। কুকিনা কুকিগা, নাগানা নাগাগা তিন্নগদবনি। ইনাকখুনবশিংনা লাইরবা পাম্বা হৌনদে। prestige সু ঙাকপা তাবনি। ঐখোয়সু মদুনি। নঙনা নাগা লৈশা পাম্মুরিবা করিগীনো? নুপীদু চৎহনখো, নঙগী ক্বার্টরদা থমগনু।

জেমস : মম্মিনা ঐবু নুংশিবগী ৱা তাবদা ঐগী থম্মোইদদি মৈনা চাকপমুক মৈশা ফাওই। ইনাকখুনবা, সরকারগী ফম অচৌবা পায়বা দেদিগী ৱা অচৌবা ঙাংবী মম্মিনা ঐবু পোকপিবা করিগীনো?

এলিজাবেদ : তানিংদবা ৱা ঙাংগনু জেমস। ঐখোয়না হায়রিবসি নঙগী অফবনি।

জেমস : মম্মি, তাইবঙমী কনাসু অমর নত্তে। ঐখোয় লোয়না শিগদবনি। মীওইবা ঐখোয়সি স্বর হোনবা জীবনি। স্বর হোনবা লেপ্পদা পৈশা, নাপল, কুকি, নাগা, মৈতৈ, পাঙল পুন্নমক অমত্তা নিংশিংলরোইদবনি।

এলিজাবেদ : অদুবু মীগা মীগা খেন্নদবদি য়াবরা? নঙগী দেদি আইঃ এঃ এসঃ ওফিসারনি। মাগী ফ্রেন্দ সারকলসু য়াম্না চাওবনি।

জেমস, মস্মি বা হায়গেকো, ঐখোয় মীগী মখৌদি শিপ্রিঙৈদা নুংঙাইনবা হোৎনবনি। নাগা লৈশাদু নত্তবা কুকি লৈশা অমগা য়ুম পানবসু য়াইনা।

জেমস : মস্মি, জাতি হায়বসিদি কোন্না লাকপনি, মী ওইবনা হানবনি। কাঙলুপকি য়েঙথিনবনা অচৌবা ইনাকখুনবা, রাজনিতী তৌবা সহরদা লৈবশিংনা, য়েংথিনবা ইনশিনবসু মখোয়না, অবাবা তাবনা লাইরবা চীঙদা লৈবশিংনা। মসিদি যীশুনা য়ারোই মস্মি। সহরদা ক্বার্টরদা সিফাইশিংনা ঙাক শেন্দুনা লৈবা দেদি মস্মিখোয়গুম্বনা চীঙদা মৈ চাকপদা মৈশা ফাওবীয়ু য়ারোই। মস্মিখোয়দি চরা হেনবগী অবাবসু খঙবীরম্মোই।

(য়াম্না শাওনা ইমুঙদা চঙখি)

এলিজাবেদ : মানা ঙাংবসি করিনো?

লিলি : অচুম্বা ঙাক্তা হায়বনি।

এলিজাবেদ : আই, নঙসু অমুক য়াওশিল্লবরা?

(জেমস ফাইল অমা পায়রগা থোরকই, মপাম্লোমদা য়াম্না থুনা খোকখি)

(লাওনা) জেমস, ঙায়খো বা হায়নখিসিনে।

লিলি : কৌরগা কাম্নরোই মস্মি।

(জীপ থৌখিবগী মখোল)

কনানা লানবা, কনানা চুম্বা Judgement পীবা ঝাগনি।

এলিজাবেদ : জেমসনা চুম্বদি য়ারোই।

লিলি : মস্মি, ঐ বা অমা হংবীগে। চীঙদা নাগাগা কুকিগা শাওনদুনা য়ুম মৈ থানরিবা মী হাৎনরিবসি করিগীরা?

এলিজাবেদ : ঐ খঙদে।

লিলি : (নোকই) ঐদি য়াম্না নোক্লিঙে। মরমসু খঙদনা মম্মিখোয়না পংশাওদা শাওবদি করিগীনো? মম্মিবু মীনা থাবু মুমিৎনি হায়রবসু অদুম য়াগদরা?

এলিজাবেদ : নঙদি করি খঙদনা ঙাংবরা? ঐনা শাওবদি ঐগী নরুবা মী শিবগী শাওবনি।

( Calling bell খিঙঙকই)

কনা অমুক লাকপরা?

(লিলি হৌগৎলি, থোঙ হাংদুনা য়েংই)

এ তামো সনাতোম্বা, চঙবীরকউ।

মম্মি, তামো সনাতোম্বা লাকইয়ে।

(সনাতোম্বা চঙঙকই)

এলিজাবেদ : সনাতোম্বা লাও-ও, লাও-ও, ফম্মো লাও-ও। নঙ-লাকপা য়াম্না ফরে। নখোয়গী পাবুঙসু লাকঅম্মে, মাদি শাওরগা চৎখরে।

সনাতোম্বা : ঐখোয় পাবুঙনা করিগী শাওখ্রিবা?

লিলি : তামো ফম্বীয়ুকো, ঐ চা পুরক্কে।

(লিলি চঙখি)

এলিজাবেদ : য়েংঙোই সনাতোম্বা, নঙগা য়াম্না লুবা ৱা ঙাংনদবা য়াদ্রে।

সনাতোম্বা : য়াম্না লুবদি কিজেকো মম্মি।

এলিজাবেদ : নঙগী নতাও জেমসকি মরমদা নহাক করি পাউ তাবরা?

সনাতোম্বা : ঐ করিসু খঙদে। মা ঐ উন্নদবসু য়াম্না কুইরে। ঐনা দুকান্দা পোৎ লৈরিঙৈদা মানা গাড়ী থৌদুনা চৎখিবা উহৌবদগী উন্ননিংদুনা লাকপনি। মাবু য়ুমসিদা য়ৌরকঅমদ্রিবরা?

এলিজাবেদ : লাকঅম্মে অমুক চৎখ্রে। মাদি ৱা অমত্তসু ঙাংনবা য়াদ্রে।

সানাতোম্বা : মাবু কৈদৌরগে হায়রিসিবো?

এলিজাবেদ : মাদি নাগা লৈশা অমা লৌরগা লৈরে হায়। মখোয়গী দেদিনসু য়াম্না শাওবনি। নঙ নঙগী মরুপতা হায়রগা নুপীদু চৎহনখো। নঙনবু হায়রবদি মানসু য়াগনি।

সনাতোম্বা : মম্মি, মী অমনা পামজদুনা লৌরবা নুপী অমবু মম্মিনা পামদে চৎহনখো হায়বসিবু অচুম্বা ওইগদরনে?

এলিজাবেদ : করিগী ওইদনি। নঙসু খঙবা নত্রা চীঙদা নাগা কুকি হাৎনরিবসি। য়েক্লবগী মীশক অমবু করম্না ঐগী য়ুমদা থমগনি।

সনাতোম্বা : মম্মিগা ঐগা শাওনরগা ঐনা লিলিদা তায়নবা য়াগদরনে মম্মি? ঐগা মম্মিগা শাওনরগা ঐনা কুকি লোয়নমক্কা খৎনবনি হায়না খনবদি লানগনি।

চীঙগী ঈরাঙদা মরাল লৈজদবা মীওই কয়া অমা শিখ্রে। কুকিসু শিরে, নাগাগীসু শিরে। শিখ্রিবশিংদুগী মরালদি অমত্তসু খঙদে।

এলিজাবেদ : মসিদি মখোয় নাগানা লানবা হৌরকপদগীনি। লানবদি মখোয়না লানবনি।

(লিলি চা পুদুনা থোরকই, তেবলদা চা থম্মী, ফম্মী)

সনাতোম্বা : মম্মি, লানবা চুম্বগী তর্কদি লোয়বা নায়রোই। নাগানা হায়রবসু নাগানা চুমগনি, কুকিনা হায়রবসু কুকিনা চুমগনি। মমৈদা লাল্লক্কদৌরিবসি মৈতৈ ঐখোয়নি।

লিলি : করিগী মৈতৈ লানগদৌরিবা?

সনাতোম্বা : কুকিনসু নাগানসু মৈতৈনা Big brother ওইরগা নাগা কুকি অনিগী খৎনবদা খাম্বীদে হায়নবা হৌরকঅবনি।

লিলি : চীঙদা মৈতৈ তাদবা মফমদা মৈ থাবা, মীবু নোংমৈনা কাপতুনা হাৎপা মৈতৈনা করম্না খামগদরা?

সনাতোম্বা : য়াম্না লুবা ৱাহংনি। মপাল কাংজৈবুঙদা ঈশৈ শকঅগা, Manipur Rifles ground দা উসব তৌরগা চীঙদা মৈ থাবা, মী হাৎপা লেপকদবদি নত্তে।

লিলি : তামো চা ইংগনি।

(সনাতোম্বা চা কপ লৌখৎলগা থকই)

এলিজাবেদ : সনাতোম্বা, ঐগী ব্বাদি জেমসকি নাগা লৈশাদু ঐ পামদে, মাবু লৌবা য়ারোই হায়গদবনি।

লিলি : মম্মি, নঙগী নবুক ফত্তবদু তৌগনুদা। নাগা লৈশাদু তাম্বোকখ্রগা ঐখোয় জেমসনা হরাওগদ্রা?

এলিজাবেদ : নঙগী ব্বাদু ঐ তানিঙদে। (চঙখি)

লিলি : পীশক পীকপা মনিপুরসিদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপশিংসিনা অমগা অমগা নুংশিনদবা অসুম হেনগৎলক্রবদি মনিপুরদি করম তৌগনি?

সনাতোম্বা : হৌরক্লি বা ঈহৌশিং অসি মতম চানা নেমথহল্লৌদ্রবদি নোংমদি শোয়দনা মনিপুরসি কায়খিবা য়াই।

লিলি, মনিপুরসি কনাগীনো? মৈতৈগীরা, কুকিগীরা, নাগাগীরা, পাঙলগীরা?

লিলি : কনাগীসু নত্তে, ঐখোয় পুম্নমক্কিনি। ঐখোয় নাগাবু ওইরবসু, কুকিবু ওইরবসু, মৈতৈবু ওইরবসু ঐখোয় মনিপুর হায়বা লমসিদা লৈবা মনিপুরিনি। ঐখোয়গী মনিপুর কায়বা য়ারোইদা।

সনাতোম্বা : লিলি, ঐ নুংঙাই, নঙগুম্বী কুকি নিঙোল অমগী মচিন্দগী ব্বাহৈশিংদু তাবদা ঐ নুংঙাই।

লিলি : নঙ হরাওবরা?

সনাতোম্বা : হরাওই। (নোকই)

ঙা.য়খো মসিনা লৈবাক্কি ব্বানি। ঐখোয় পাবুঙ লাকঅম্মিবদু করিগী লাকঅম্বনো? নঙবু ঐখোয়গী পাবুঙগী মমৌ ওইজরগেগা হায়রমদরা?

লিলি : নঙনা হায়রুচো হায়দুনা থারকপরা?

সনাতোম্বা : হায় অঙাওবী, অদুবু ঐনা করম হায়না পাবুঙদা হায়গদৌরিবনো?

লিলি : পাবুঙনা হায়রম্বদু নঙনা খণ্ডিঙদুদি।

সনাতোম্বা : তশেঙনা হায়রম্বরনে নঙনা হায়রিসিবো?

লিলি : হায়রম্মী।

সনাতোম্বা : নখোয়গী মম্মিগা দেদিগনদি করি হায়খি?

লিলি : দেদিদি লৈতে, মম্মিনদি জাৎ তিন্নদে হায়বদা পাবুঙদু শাওরগা চৎখিবনি।

সনাতোম্বা : (হৌগৎলগা) অদুদি ইবান্নি চেনথ্রশি।

(লিলিগী মখুৎ পায়দুনা চিংই)

লিলি : আয়া (নোকঅগা মখুৎ চীংথোকই) পাখঙ অঙাওবসিদি।

সনাতোম্বা : নশুংলাংগী ঙাওরবসু ঙাওস্লানি।

(এলিজাবেদ থোরকই)

এলিজাবেদ : ঙাওন্না হায়বদি করি হায়বরা?

সনাতোম্বা : (হায়ফম খণ্ডনা) আ ঙাওবদা মমল য়াম্না ঙাওবা।

এলিজাবেদ : (নোকঅগা) ঙাওববু মমল য়াম্না ঙাওবা য়াবরা, অঙাওবা?

(মখোল থোক্লা নোকই, লিলি সনাতোম্বদা ফন্নপ য়েং ঙগা নোকই)

(মৈ মুৎলি)





# অহুমসুবা উৎপা

মফম : কার্টরগী পীকত্‌ক তৌবা কা অমনি। লৈতেঙগী শরুক য়াওদে। ফমুঙ মচা অমা লৈ। চৌকি অমা, মোরা অমা, চৌকিগী ভ্রথফমদা নাগাগী (তাঙখুল) ফি- খরা য়ান্দুনা লৈ। ফমুঙদুদা য়েৎথংবা পাম্বোম ককখ্রবা ৱাঙম হিপতুনা লৈ।

লৈশন : (মপান্দগী ) কনা লৈপরা?

ৱাঙম : কনা ওইপরা? চঙবীয়ু।

(লৈশন চংঙকই, কোয়না য়েংই)

ও লৈশন, নঙতি করিকি লাকপরা?

(তপ্না হৌগৎলগা ফমুঙদা ফম্মি)

চৌকিদুতা ফম্মু।

লৈশন : ঐনা নঙগীতা লাকপকি মরম নঙ খঙতে?

নুঙাইপীয়েতা ইপা ৱাঙম, নঙতি নাকা মাস্তেহে।

ৱাঙম : নঙকি করি হায়নিংপরা?

লৈশন : নঙ নাকানিনে ইপা ৱাঙম। নঙনা লৈরিবসি নঙকি মাইতু ইকাইতপরা?

ৱাঙম : নঙকি ৱা হায়কতপা লোয়রপরা? হায়নিঙপা হায়রো।

লৈশন : করিকি লোয়কনি । হায়নিংপতি ময়ামনি শাওনিংপনা লোয়না কাউপনি। ইপা নঙ কুকিকি কার্টরসিদা লৈপীকনুকো। ঐনা হায়পা য়াত্রপতি লৈসনপু ফত্তে হায়কনু।

বাঙম : লৈশন, নঙ মীগা মীগা মান্নদে হায়পতি খঙপরা। নঙগা ঐকাসু মান্নপা য়াতে, কুকিকা কুকিকা মান্নতে।

লৈশন : হায়কনু, নঙকি বাতু হায়কনু। নঙকি নখুৎ য়াওতপতু কনাননো হায়পা নঙ খঙপা নত্রা? মদুসু খঙতে হায়কেরা? নঙকি নুপী হাৎখিপা মদুসু নঙ খঙতপরা? অতুকা অমুক কুকিকি মরুম থুপতুনা লৈপা ইকাইপা খঙতপা ইপা বাঙম - নঙকি লৈফম লৈত্রকা ঐকিতা লৈপীয়ো।

বাঙম : লৈশন নঙদি অঙাংনিনা করিসু খঙতপনিনা ঐ নঙনা ঙাংপা শাওতে।

লৈশন : আহ, ঐনা শাওনপা হায়রকা নঙনা শাওতপা -

বাঙম : ঐকি নুপী হাৎখিপা জেমসনা নত্তে; ঐগী পাম্বোম কককিপসু জেমসনা নত্তে। মাদি ঐখোয়গী থবাই পীপিখিপনি। মাদি যীশুনা থাপীরকপনি।

লৈশন : (শাওনা) ইপা বাঙম, মখোয়তি ঐখোয়কী জাতিগী য়েক্লপনি। মখোয়না ঐখোয়কি মী হাৎপনি, খুন মৈ থাপিপনি . . .

বাঙম : (শাওনা) ওই অঙাওপা, য়েক্লবদি নঙনিনে। নঙনা মী খুদিঙগী হু কামশিনপা করিকিনো? নঙকুম্বা মীশিংননি ঐখোয় মশেল হাত্তোকনহল্লিবসি।

লৈশন : হায় ইপা বাঙম নঙতি নঙকি মীপু নুংশিপা খঙতপা মীনি।

বাঙম : নঙকি জাতিকি মাংনপা তৌপা মীদি নঙনি। নঙকি বা ঐ তানিঙতে, নঙ চৎপীখো।

লৈসন : ইপা বাঙম নঙ য়ুমসিতা লৈপা য়াতপনিকো। Week সিমকি মনুঙতা নঙনা মফমসিতকি হোংকতপনি।

(লৈশন থোকখিগে তৌই)





বাঙম : লৈশন । (লেপখৎলি) ঐ নাগানি, ঐগী হকচাংতা লৈরিবা ঈ শিসু নাগাকি ঈ নি। ঐনা ঐকি জাতিবু নুংশি। অতুপু নঙকুম্বা মপুকচেল পীকপা মরম খঙতনা মীবু পংহাৎ হাৎপা, মীনা ইনশিল্লকা চৎপা মীদি ইজাতিকি মী ওইরপসু ঐদি নুংশিতে।

লৈশন : আঃ

বাঙম : হায়য়ু জেমসনা নঙকি ঐকি করি মাংনপা তৌরে?

লৈশন : মাতি কুকিনিনে।

বাঙম : কুকিকি বা তোকউ, মানা তৌপা ফত্তপতু হায়য়ু। মানা ফত্তপা তৌরপতি ঐ হৌজিকমক য়ুমশিতকি চৎপীকনি।

লৈশন : ঐনা হায়পিরিপসিনি মা কুকিনি, কুকিতি মপুক ফত্তপনি।

বাঙম : লৈশন, মপুক ফত্তপা কুকি মানতি ঐখোয়পু ঙাক শেনপীতুনা হিংহল্লি। অতুকা মপুক ফপা ঐকি জাতিকি লৈশন নঙতি নহালমখৈ কতায়তা লৈরুই? ঐখোয়পু নঙনা থীরকখিপরা? নশাকি নজাতিকি মী ফাওপা নুংশিপা ঙমতপা নঙনা মীকি জাতিপুতি কতায়তকি নুংশিপা ঙমকনি? নপুক ফত্তপা নঙকুম্পনা কোয়না চত্তুনা মী খুতিঙকি কুকিপু নুংশিতনপা হু কামশিল্লুপতকি নত্রা ঙসি চীঙতা লাম্মৈ চাকলিপসি।

লৈশন : ইপা বাঙমসি বা ঙাংপতি ফৈয়েহে। ইপাকি বা ঙাংপা লোয়রপরা? মখা লৈরিপরা?

বাঙম : ঐকি নাগাকি ওইপা নঙনা ঐকি করি তৌপীখি? নহালমখৈতি নোংমত্তা ঐখোয় কৈতৌরি হায়তুনা হংখিতপা নঙনা ঙসি ঐখোয়পু য়ুমশিতা লৈপা য়ারোই, য়েক্লপকি য়ুমনি হায়পিপা নঙ ঐখোয়পু নুংশিপা নত্তে।

ইবোহল : (মপান্দগী) কনা কনা লৈবগে? ঐ অমুক্তা চংজরক্কে।

বাঙম : চংপীরকউ ওজা (ওয়া)

(ইবোহল চংঙকই, লৈশন্দা মুম্না য়েংই)

সিতা লেঙশিনপীয়ু ওয়া।





ইবোহল : (ফম্মগা) ইচানুপাসিদি কনানো?

বাঙম : মাপুরা?

লৈশন : ঐকি মিংতি লৈশন কৌয়ে। ঐ নাকানি।

ইবোহল : ইচানুপা লৈশন, নঙনা নাগানি য়াম্না হায়নিংবা, নঙনা নাগা ওইবগী নাপল অমা য়াওরিবদুদি য়াম্না ফৈ, থাগৎনিংই। অদুবু ইচানুপা নঙনা নাগা নত্তবা অতে জাত্তিশিংবুনা হন্থনা য়েঙবা ঝাখলদুদি ইপাদি য়ানিংদে।

লৈশন : মৈতৈকি অহল, নঙনা মীকি মপুক মনুঙকি ঝাসু লোয়না খঙপরা?

ইবোহল : খঙদে, অদুবু নঙনা ঐঙোন্দা য়েংঙিবা মিৎয়েঙদুদগী খরা মখৈদি খঙবা ঙম্মী।

লৈশন : মৈতৈ অহল, ঐতি নঙকি মঝা লৌপীতে। ইপা ঝাঙম, ঐ চৎপীকে। নঙ কুকিকি য়ুমতা লৈপা য়াতেকো।

(থোকখিগে তৌই)

ইবোহন : লৈশন, ইচানুপা, ঙায়খো, ঐগী ঝা অমত্তংদি তাখো।

(লৈশন লেপ্পী, লৈশিল্লগা ইবোহলদা য়েংই)

করিগীনো নাগাগা কুকিগা নুংশিনদ্রিবসে? মসিগী মরমদু নঙোন্দগী তানিংই।

লৈশন : কুকিশিংতি মপুক ফত্তবনি।

বাঙম : মদু হায়কন্নুনে লৈশন নঙপো।

ইবোহল : মদু খক্তনা মরম ওইদুনা নাগা কুকি খৎনবা য়ারোই।

নাগাগা কুকিগা নুংশিনদবগী মরম অমখক লৈ, ঐ হায়য়ুরা?

লৈশন : হায়য়ু।

ইবোহল : নখোয় লম মুন্নবদগী খৎনরকপনি। নাগা তাবা লম মখৈ নাগাগী ওইগনি হায়দুনা মরক্তা লৈজবা কুকি খুল মচা মচাশিংদু মৈ

থাদুনা তানবা - অদুদগী কুকিসু নাগাগী খুলশিং মৈ থাবনি। কুকিশিংসু kuki land হায়রকপা অদুদগীদি মৈরীকপীদগী মৈজাওবী হৌরকপা, মরাল লৈজদবা মীওই কয়াবু অউ অউ, অফং অফংবা পংহাত্তা হাৎনরকপা - ।

ঐনা হায়রিবসি নও য়ানিংদবরা?

ঐখোয় মৈতৈদি য়াম্না ফবনিনে। নখোয়গী হাৎনবসিনা লেপ্লক্ত্রবদি ঐখোয় মৈতৈসু নোংমদি তমদা লৈরিবা চীংমীশিংসিদা নখোয় তমদা লৈবা য়াররোই হায়দুনা য়ুম মৈ থাদুনা তাল্লকঅবদি কমদৌনি? নখোয় চীঙমীশিংনা মৈতৈশিংবু চীঙদা লৈবা য়াহন্দে। ঐখোয় মৈতৈদি চীঙমীশিংসু ইচিল ইনাও ঙাক্তনি হায়দুনা তমপাক্তা লৈহল্লি। নোংমতা অদু আদা হায়দে। মপুক ফত্তবগী থবকসি নখোয়দনা হৌরকইনে।

লৈশন : তু হায়কনু অহল, নখোয় মৈতৈসু য়াম্না ফত্তবনিকো। হৌজিক্তবু অফবা শাপনি। আ মমাংতদি মৈতৈকি য়ুমতা চঙপতা ফিতা ফাওপতা আ লাপ্পা থাপনি। ঐখোয়পু মাংই হায়পীপনি। হায়পা নত্রা?

ইবোহল : নঙনা হায়রিদুবুদি চুম্মী। অদুবু ঙসিদি মতমদু নত্রে।

(মতমদুদা মপাল্লোমদগী চংঙকপা ধর্ম্মগী ঈহুল অমনা থোকহনখিবনি।)

অদুগীসু মথক্তা চীঙমী তম্মী নুংশিনদনবা কন্না হোৎনরম্মীবদি অংগ্রেজশিংনি। চীঙমী তম্মী নুংশিননা চান্না চীন্ননা লৈমিন্নখ্রবদি মখোয়গী খুদোঙথিবা লৈ খণ্ডদুনা চীঙমীগা তম্মীগা নুংশিনদনবা হায়দুনা Sub-Division শেম্বদা তম্পাক্কা চীঙগা পুনশিল্লমদবনি। ইম্ফাল ময়োন্দা লৈবা চীঙদুম মচা অমা ফাওবা চীঙগী Sub-Division শিংদা হাপচিল্লম্বনি। মতমদুদা হুনখিবা মরুনা ঙসিদি পোখায়রক্তুনা ময়োল চোঙবা হৌরক্লিবসিনি। অদুবু লৈশন, ঙসিসু মৈতৈদি চীঙমী তম্মী ইচিন ইনাওনি খন্দুনা লৈরি। নখোয়দি থায়নগী মোলোম হৌজিক্তদা পোপথোরক্লি।

লৈশন : অহল নঙনা ঐখোয়পু লান্না লৌগীপরা? ঐখোয়না মৈতৈপু নুংশিতপা নত্তে, ঐখোয়তি ঐখোয়কি Home land তাঙ্গপনি।

ইবোহল : Home land তানবদি ওইরোই লৈশন। অসামদা, ত্রিপুরাদা মিয়ানমারদা মৈতৈ ময়াম অমা লৈরি। মৈতৈশিংনা তারিবা লমশিংসি মৈতৈলেন্দদা পুনগদবনি হায়রুরবদি, ঐখোয় অঙাওবা তাগনি। মসিগা চপ মান্নে। মৈতৈ, কুকি, নাগা তোৎশিন্নদুনা তারিবা ইম্ফালগী তমপাক কনাগী Home land তানবদা য়াওগদৌরি? ঐগীনি ঐগীনি হায়দুনা মুন্নবদা ঐখোয় মশেল হাৎনবা তারকপরা? নাগা কুকি হাৎনরিবসিদা মৈতৈসু য়াওশিনবা তারকপরা?

মনিপুরসি কনাগীনো? ঐখোয় পুন্নমক্কিনি। মনিপুরদা মান্নদবা লোল ২৯ লৈরিবসি অমগা অমগা ফাওনদ্রবদা করম্বা লোল ঙাংনরগা পাউ ফাওনবগে? মৈতৈ লোলনা ফাওনবা নত্রা?

লৈশন : এ অহল নঙসু পঙঙাং ঙাংঙে।

ইবোহল : ঐখোয় ইমুঙ অমত্তদা লৈমিন্নবা ইচিল ইনাও ঙাক্তনি। মচিন মনাও ওইবগী নুংশিননা, চান্না চিন্নদা হিংমিন্নবা পামদ্রিবসি করিগীনো। মনিপুরসি ঐখোয় পুম্বগীনি হায়রগা নাগানা নাগা ওইবা তোকউ হায়বা নত্তে। মাগী মাগী Individuality দি মাংবা য়ারোই। ঐনা মৈতৈ ওইজরবসু ঐ মনিপুরিনি, নঙনা নাগা ওইজরবসু নঙ মনিপুরিনি, মানা কুকি ওইজরবসু মহাক মনিপুরিনি।

ঐগী ৱাখলদা মনিপুরদা ঐখোয় মশেল খৎনদনা হিংমিন্নসি হায়রবদি Hill District খুদিংমক Revenue District ওম্মোকপা মথৌ তায়। মীপুম খুদিংমক্তা লমগী পাটা পীদুনা লমগী মপু ওইহনগদবনি। তমপাক্কি মনুঙদা লৈরিবা চীঙশিং Hill District শিংদা পুল্লিবসি তমপাক্কি District শিংদা হাপচিনগদবনি। চীঙমীশিংনা তমপাক্কি লমশিংদা খুন্দা লৈতাবা য়াবগুম মৈতৈশিংসু চীঙগী লমশিংদা খুন্দা-লৈতাবা য়াহনগদবনি।

অদুগা য়াফম অমনা নাগা খণ্ডদে, কুকি খণ্ডদে করিগুম্বা অমা হেক তৌবগা National Highway শিংদা তায়নরিবসিদি য়াম্না লাল্লি । নখোয়নদি Highway থিংবা হায়বা থিংবদা বারিবসি মৈতৈ ঐখোয়দা নত্তে, তমপাক্তা লৈরিবা চীঙমী ইচিল ইনাওশিং অমদি অতৈ চীঙগী District শিংদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্তা চপ মান্নবা বাহল্লবনি।

লৈশন — এ! নঙকি নবাসু লৌতে। ইপা রাঙম, ঐনা হায়পা য়াওকো নত্রপতি নঙ রাজনি।

ঐ চৎপীকে। মৈতৈ অহল রাঙাংপা হৈপা, ঐ চৎপীকে।

(লৈশন থোকখি)

ইবোহল — ইচানুপা নঙবু ঐঙোন্দা শাওবরনে?

রাঙম — শাওজসনুতা, অঙাং অপঙবগা মান্নবা কান্নতবনি।

ইবোহল — ইহে অঙাংশিংদি?

রাঙম — রোজীদি অচাপোৎ লৈকনি হায়তুনা চৎখিপনি। আ লাকপু লাকঅমাল্লে।

(রোজী চংঙকই)

রোজী — অয়া পাপুঙ (চংশিন্দুনা খুরুম্মী)

ইবোহল — (চিংখৎপীরগা) চীঙমী ওইজরবসু ইচাদি চৎন লোনচৎ খঙবীনি।

রোজী — পাপুঙ চা থকসি, ঐ চা লোনপীকে।

ইবোহল — য়ারেদা য়ারেদা। পাবুঙ হৌজিক্তা থল্লগা লাকইবনি। ঐনা লাকইবসে অতৈগী নত্তে, জেমসকা নঙগা ময়ুমদা অমুক্তংদি চৎলগা জেমসকি মমা মপাদুগা উন্নরব্বগী রাফমদো কমদৌখ্রে? ঙসি চৎপগী বা হায়নখিবা নত্রা?

রাঙম — চৎকনিনা ঙসি। মানা পোৎ লৈরুপসিসু জেমসকিদা পুননপনি।

ইবোহল — তদু ওইরবদি ফরে, ঐসু মাইকেলগীদা চৎকদবা লৈ। আদা ঐখোয় উন্নবসু য়ারে।

রোজী : পাপুঙ, মখোয়না ঐবু চৈরকলবদি কমতৌগা ?

ইবোহল : চৈজসনু ইচাসিদি, নঙদা খুম্মুনু, নঙগীদমক ইপা লৈরিসিদি। ঐ চৎলগেকো। ইতাও বাঙম করিসু বাগনু। ইচানুপী পাবুঙ চৎলে।

(ইবোহল থোকখি)

(রোজী তুমিন্না ফমদুনা লৈ)

বাঙম : (রোজীদা য়েংঙগা) করি তৌরে রোজী ? করিকী তুমিন লৈপরা ?

রোজী : অবা, ঐ চৎলরোইতা।

বাঙম : করিকি ? নঙপু নঙগী ননেমকা নকুপোক্কি মশক য়েংনিংত পরা ? নুপীগীদি মনেমকা মকুকা য়ান্না মরু ওইপনি।

রোজী : ঐনা চৎখ্রপতি অবাদি করম তৌকনি ?

বাঙম : ঐকিতমক করিকি বাপনো ? ঐ হিংকনি, ঐ শিরোইনা। ঐকি খুৎ নামা লৈরিসিতি।

নঙনা জেমসকি যুমতা লৈখ্রকা ঐসু খুন্দা চৎকনি, থবক শুকনি। ঐগী পাঙ্গল লৈরিসিতি।

রোজী : (ফিংনা) অবা নঙ খুন্তা চৎপা য়ারোই।

বাঙম : চৎলোয়তা। চীঙগী ঈরাঙসিনা লোয়ত্রিফাওপা ঐ খুন্তা চৎলোয়তা।

রোজী : অবা -

বাঙম : নঙনা খল্লিপতু ঐসু খংই রোজী। অতুপু মদুনা কুইনা চৎনবতি য়ারোই। ঐসু নঙপু নুংশি। অতুপু নুংশি হায়দুনা নঙবু ফাজিন্দুনা থম্বদি নঙগী মাংজকনি। ঐদি অহল ওইরে, অতুকীসু মথক্তা খুৎ নামাসু য়াওত্রে। অতুনা ঐকীদি শিরগা লোয়রপনি। ঐনা বাবতি হিংতুনা লৈকতপা নঙকীতনি।

রোজী : জাৎ তিন্নতবা ইমুঙতুদা ঐনা চঙপতা কনানা ঐপু নুংশিকনি ? ঐপুতি নাকানি হায়দুনা হাৎকে হায়রোইতরা ?




বাঙম : অঙাওপীসিদি। (হৌগৎলগা রোজীগী মনাক্তা চঙশিল্লি) রোজী, নঙনা মীপু লাম্না লৌকনু। জেমসসু কুকিনি। কুকি ওইপা মানা নাগা ওইপা নঙপু মাগী নুপী ওইরিসিতি। জেমসকি মমা মপাদু অচৌবা মী ঙাক্তনি, ইনাকখুনপনি। অতুনা বাখলসু বাংপা, পুকচেলসু চাউপা মী ঙাক্তা ওইরমকনি। অপঙবা, লাইরপা ঐখোয়তপু ইশাগী ওইজপা থীপনি। ইনাকখুনপা অচৌপা মীশিংতি মশাকী পাখোল্লা লৈরপনিনা অশোন অনাশিং গী খনফম থোক্তপরনে? মীবু মীনা তাথিনা তৌফম থোক্তে।

অতুকা নঙতি য়ুমতুদা অতোপ্পসু নন্তে। নঙকি নুপাকি য়ুমতি নঙকিসু য়ুম ওইপনি।

রোজী : (কপ্পা) অতু ওইরপসু অবা, ঐ চৎলরোইতা।

(জেমস চংঙকই)

জেমস : রোজী করিগী কপ্পনো?

বাঙম : মপুক নুংশিদনা কপ্পনিতা।

রোজী, ঐ করিসু তৌরোইতা। নঙনা ঐ ইথন্ত লৈহৌকনি হায়তুনা বাকনু।

জেমস : রোজী, ইপা বাঙমনা ঐগী ক্বার্টরদা অদুম লৈগনি। নঙসু সিদা অদুম লৈগনি। পাবুঙ ইবোহলনা য়ুমদা চৎলু হায়বদি ঐগী ইপাগা ইমাগা নঙগা খঙনৌ হায়বনি। নঙবু ঐগী য়ুমদা চৎনিংদবরা?

রোজী : ঐগী অবাতি শোনপনিতো -

জেমসে : ইপাগী ওইরিবা ফিবমসিদা ঐখোয়না ইপাবু করিগী হন্দোক্কনি।

বাঙম : নঙসি পণ্ডিৎতা রোজী। চৎলুনে।

(রোজী চঙখি)

জেমস, নঙনা ঐখোয়পু কাঙলুপকি হাৎনপা মৈরীলক্তগীসু কনপীপনি। নঙদি কুকি ওইরসু ঐখোয়ততি যীশুনা থারকপা মী ওইপনি।

জেমস : ইপা ঐদি করিসু নত্তেকো।

বাঙম : ঐকি ইচা রোজীতি য়াম্না পঙপনি। নঙনা মাপু তমপিত্রপতি মাদি করিসু খঙতপনি।

জেমস : ইপা করিমত্তা বাবীগনু। তাইবঙ মী ঐখোয়সে কনাসু খঙনা পোক্লকপা নত্তে। থেঙনরগা খঙলকপা ঙাক্তনি।

বাঙম : খঙতেতা, ঐগী ফিবমসিনা নখোয়দা কায়বা ওইরপরা?

জেমস : ইপাগী বাখলদু লাল্লে। তাইবঙ মপুনদি ঐখোয়বু তাইবঙপানবসি তাইবঙ মী ওইনা থাবীরকখিবনি। মীনদি মীবু নুংশিগদবনি। মীনা মীবু হাৎলু হায়বদি যীশুনদি হায়বীরমদে। ঐসু মীনি, ইপাসু মীনি। মীনা মীগী মতেং পাঙবদি তৌফম থোকপনি।

(রোজী মফি হোংঙগা থোরকই)

বাঙম : আ ইচাদি ফজরেতা। চৎলুরো

রোজী : অবা (কপ্পি)

বাঙম : অবাগী রোজী, কপকনু। করিগী কপ্লিপনো?

(চংশিন্দুনা মকোক্তা নানবী) কপকনু। নঙকি নুপাসি মী মরক্তদি লাইকুম্পনি। কাঙলুপকি ঈরাঙনা চাকথেক্লবা চীঙকি খুলতুতকি ঐখোয়পু কনপীরকখিপনি। ঐখোয়বু হিংহল্লিপা মাকি মতুংনিনে নঙনা ইনকদৌরিপসে।

রোজী : অবা -

বাঙম : ঐকি পাঙ্গল থৌনা পুম্নমক নঙোত্তা পীরপনি। তাইপঙতা লাক্কতৌরিপা ইশুতুনা তাইবঙতা লাক্লকা মমাম্নপা ময়াম মরক্তা মকোক থোংপা ওইতুনা কাঙলুপ মশেল নুংশিনপা পুরকপা ঙমপা ওইসনো।

জেমস, ঐকি ইচানুপী রোজী, নঙকি নখুত্তা পীপনি। মাকি অফ ফত্তগী শরুক্তা নঙকি শরুকসু য়াওখ্রপনি। নখোয়পু মপু যীশুনা চানপীসনু।

[redacted] [redacted]

(জেমস, রোজী থোকখি)

(মতোমতা) চৎখরে, ঐকি থবাইনা হকচাং থাতোক্কুনা চৎখরে। ঐকি হকচাং পোল্লাওসিনা কয়াম কুই লেপহৌকনি?

(ফমুঙদা তপ্পা ফমথে)

কয়াম কুইনা ঐখোয় হাৎনখিকতৌরি? কনাকিদমক্তনো মীনা মীপু হাৎপসি? (নোংথক্তা য়েঙখৎলি) যীশু নঙনা পুন্নমকপু কনপীয়ু।

(মৈ মুৎলি)

# মরিশুবা উৎপা

মফম : অনিশুবা উৎখিবা Drawing Room অদুমক।

মতম : ফিজিদা কিশি কিবা ফি (চুনি) অমা সোফাগী ঙাথফমদা য়ান্দুনা লৈ। জোন ইমুঙদগী থোরকই, ফি য়াল্লিবা মফমদুদা ফম্মগা ঙাথে। মনঙ্গন্দা কিশিদুনা চৈনা পীরকপদৌনা মখুৎনা মায়গা য়েংই, কিশিদু থেংনৈ। কিশিদু লৌথোক্তুনা য়েঙবদা পৈশা য়াওরম্মী, জোন্না পৈশাদু লৌথোকঅগা ফুরিৎথাওদা হাপচিল্লি, কিশিদুনা অমুক কিশিল্লগা হান্নগী অদুমহায়না য়ানশিল্লি। মানা মফম হোংদোকঅগা ফম্মী।

এলিজাবেদ ফিংনা চংঙকই, সোফাদগী ফিদু মঙক্তা য়েৎশিল্লি।

এলিজাবেদ : (মতোমতা) ঐ হৌজিক করি তৌগদ্রা ? (ফমথৈ)

জোন : (মমাদা মুন্না য়েংঙম্বদগী) মম্মি, চাক লাম্মে, চাক চারগে।

এলিজাবেদ : (শাওনা) চাক থোংদ্রিকো। নঙগী লিলি ঙরাংদগী য়ুমদা হল্লক্তবা নঙ খঙবা নত্রা ? মীনা ফাদুনা পুম্নগা হাৎপীগ্নবরা হায়বসু খঙদে। নঙগী দেদিসু ফমদুনা, হিপতুনা অদুম লৈবা। মচা নুংশিবা খঙদবা মপা ওইবনি। ঐ করি তৌগদ্রা খঙদ্রে, শিনিংঙেদা।

জোন : মশ্মিনা শিবদু কোন্না শিবা য়াইদা, ঐগী চাক হান্না পীয়ু।

(এলিজাবেদনা জোন্দা মুন্না য়েংই)

মশ্মি চাক পীয়ু।

এলিজাবেদ : জোন, ঐ চাক থোংদ্রি।

জোন : অদু ওইরবদি লুপা ৩০ পীয়ু, Thirty Rupees, হোটেলদগী চারুরগে।

এলিজাবেদ : জোন নঙ লম হেনগনু। (ইমুংদা চঙখিগে তৌই)

জোন : মশ্মি চাক লাম্বনা শিগদৌরে হায়বা - মশ্মি।

এলিজাবেদ : নঙ নীঙঙায় তৌবরা হায়ববু ফুগনি হায়।

(ফিজিদগী কিশি থোকই, পৈশা য়াওরমদে)

সিদা কিবা লুপা ৫০ অদুদি কদায় চৎপ্রবা?

জোন : মশ্মিনা কোয়চৎ চৎপদা তাহৌরমগনি।

এলিজাবেদ : তাহৌবা য়ারোই। কিশি মাংলমদে, নঙনা শোয়দনা লৌথোকপনি। নঙ নত্তনা কনানা লৌথোকনি?

জোন : ঐ লৌথোক্কেকো মশ্মি। (হৌগৎলি) ঐনা সিদা ফম্বদি চাক লাম্বগী ফম্বনি।

এলিজাবেদ : জোন নঙ, লৌথোকঅগা লৌথোকই হায়বা য়াদবরা? করিগী নচীন অদুক থীবনো?

জোন : (শাওনা) ঐনা লৌথোক্কে হায়বদুদি। মশ্মিনা থমফম ওন্নবা ওইরমগনি।

এলিজাবেদ : পৈশা হুরানবগী মহুত্তা পীয়ু হায়বা য়াদবরা?

জোন : ঐনা পীয়ু হায়রগা মশ্মিনা হরাওনা পীবরা?

এলিজাবেদ : নঙ নঙগী দেদিদা হায়বীগেকো। নঙ ফত্তবনি। লাইরিকসু তমদবা, থবকসু তৌদবা, নোংঙানবগা কোয়বা, পৈশাসু অমুক হুরানবা।

জোন : মম্মি, চাক লাম্মে পৈশা পীয়ো।

এলিজাবেদ : (ফমথরগা নুংঙাইতনা মতোমতা) ঐগী ইচানা অফবা ওইদবসি করিগীনো? জেমসনা নাগা লৈশা লৌবা, নঙনা পৈশা হুরানবা - ঐনা শিরবদি ফগদবনি।

জোন : মম্মি পৈশা পীয়ো।

এলিজাবেদ : নঙনা হুরানবদুনা ওকত্রিবরা?

জোন : পীব্রগা তোকউকো - ঐগী watch সি য়োল্হোকখিগে। অদুগা তাহৌরে হায়গেকো।

(মাইকেল চংঙকই, জোন থোকখি)

মাইকেল : করিনো জোন্না হায়রম্মিবদো?

এলিজবেদ : চাক লাম্মে হায়বনি অদুগীনি। মাইকেল, লিলিগীদমক পুলিসতা রিপোর্ট অমা পীশি। নঙবু নচা নুংশিবা খঙদবা মপা ওইবরা?

মাইকেল : (ফমথরগা) এলিজাবেদ, ঐ ইচা লিলিবু য়াম্না নুংশি। ঐ মাগীদমক য়াম্না ৱাবনি। ঐ পুলিসতা রিপোর্ট পীবসু য়াই। অদুবু এলিজাবেদ, রিপোর্ট পীরুরগা লিলিবু ফাখিবা মীশিংদুনা লিলিবু হাৎখিগদ্রা খনবদগী ঐ তুমিন্না লৈবনি।

এলিজাবেদ : অদুদি জেমসতা পাউ পীশিরা?

মাইকেল : (খঙশাও শাওনা) জেমসকি ৱা ঐঙোন্দা হায়গনু, ঐ ইকাইবনা মাইসি থমফম খঙদবনি। অদুগা লিলিগী অৱাবসি অমুক হাপচিনবনি। অদুগা লিলিনা শিরম্বা থোক্রবদি ঐ জেমসপু ঙাকপিবা ঙম্মোইকো।

(জীপ থৌজিল্লকপগী মখোল)

এলিজাবেদ : কনা লাকপরা?

(পর্দা হায়দোক্লুনা য়েংই, হঙিল্লকই)

মাইকেল : কনানো?

এলিজাবেদ : জেমসনি, নুপী অমসু য়াওরকই।

(জেমসনা মাং থারগা রোজী চংঙকই)

মাইকেল : (নুপীদুদা মুন্না য়েংই) জেমস, নঙনা নুপীদু য়ুমসিদা করিগী পুরকপনো?

জেমস : মসি ঐগী নুপীনি, মমিংনা রোজী কৌই দেদি।

মাইকেল : নঙ ঐগী ইচানি। ঐনা হায়বা নঙনা ইনগদবনি। নুপীদু চৎহনখো, য়ুমসিদা মহাক লৈবা য়ারোই।

জেমস : দেদি, ঐনা রোজীবু ম্য়ুমদা চৎহনখিনবা মফমসিদা পুরকখিবা নত্তে।

মাইকেল : মহাক ঐখোয়গা জাৎ তিন্নদে। মাগুম্বা মীওই অমগী মফম য়ুমসিদা লৈতে হায়বা নহাক খঙ্‌ঙু।

রোজী : (কপ্না) ঐ চৎকে। (চৎকে তৌই)

জেমস : রোজী ঙায়খো, করিগী কপ্লিবনো? নঙগীদমক ঐহাক লৈরিসিদি।

(মাইকেলদা) দেদি রোজীনা লৈবা য়াদবা য়ুমশিদা ঐসু লৈনিংদে হায়বসি দেদিসু খঙবীয়ু।

(রোজী কপ্না চেম্ম্থোকখি)

(জেমসসু থোকখিগে তৌই)

মাইকেল : জেমস -

জেমস : দেদিগী শিরগা পুবা য়ারোইদবা শেলগী মরুমদা নাপল কাবীদুনা অতোপ্পা জাতিবু হম্বনা য়েঙবীরি।

মাইকেল : নঙ ঐগী ইচানি কাউবরা?

জেমস : দেদিগুম্বা সরকারগী ফম অচৌবা পায়বা লাইরিক হৈবা মীওই ফাওবনা জাৎ, বীজাৎ খায়দুনা কাওলুপকি য়েংথিনবদা মথৌ শঙবা, পুকচেল পীকপা মীওই অমবু ঐগী ফাদর (Father) ওইনা ফংজবা ঐসি কয়াদা লাইবক থীব্রবা।

মাইকেল : (শাওনা) ঐবু নঙনা নঙগী ফাদরনি হায়রগা মীয়াম মমাঙদা লেমজবা ঙমম্রবা, parents কি prestige সু য়েঙদবা, নশাগী position মশক খঙদবা নহাক ঐগী ইচা নত্তে। You are not my son. নহাক য়ুমসিদা অমুক হন্না চংঙকপা য়ারোই। Now you can leave this house. You can live anywhere you want to live. Get lost.

জেমস : (নোকফেৎ তৌরগা) Thank you father, thank you. I am unchained to-day.

(শাওনা থোকখি)

এলিজাবেদ : (ফিংনা) জেমস কদায়দনো? জেমস -

মাইকেল : করিগী কৌবনো? চৎখিসনু। মমা মপানা হায়বা ইন্দবা মচা - মানা নুপী অমা হেক্তা পুরকঅগা ঐনা হেক্তা লৌশিনগদ্রা? ঐখোয় মখোয় নুংশিনদে, অউ অউবা হাৎনরগা ঐনা করিগী মখোয়বু নুংশিবা? ঐগী জাৎকি মীনা ঐবু করি হায়খিগনি?

(জিপ থৌথিবগী মখোল)

এলিজাবেদ : করিগী পঙবনো? হান্না শাওবগী মপুত্তা থেম্বনা ফবা নত্রা?

মাইকেল : করিগী থেম্বনো, মাবু অঙাং মচারা?

(Calling bell খিংঙকই)

ইবোহল : (মপান্দগী) সাহেব অচৌবগী ইমুংসিবু ঐখোয় অমুক্তা চঙজরকপা য়াগদরা?

(এলিজাবেদনা পর্দা হায়দোকই)

এলিজাবেদ : তাদা ইবোহল লেঙশিনবরিকউ।

(ইবোহলগা ফৈজোম শেৎপা চাওবগা চংঙকই)

ফম্বীয়ু। ঐখোয়গীসি ঙসিদি য়ান্না লাঙেঙ।

(ইবোহল, চাওবা ফম্বী, মাইকেলদি মতুং ওম্লোক্লুনা লৈ)

ইবোহল : (মাইকেলদা য়েঙগা) ইচন নুপী, নঙগী নুপানা ঐঙোন্দা কৌদবসি করিগীনো?

এলিজাবেদ : মচানুপা জেমসকা শাওনবনি; অদুগীনি।

ইবোহল : ইচানুপা জেমসকা খৎনরগা ঐঙোন্দা তায়নবা য়াবরা?

মাইকেল নঙনা পান্মীবসি ঐবু য়ুমসিদগী চৎখিবদুরা?

মাইকেল : (মমাই লৈশিল্লগা) নঙ চৎপা য়াম্না পাম্বরা? পাম্মগা চৎখোনা। ঐদি নঙবু খামগদবা মীসু নত্তে।

ইবোহল : নঙনা তাল্লগসু ঐদি চৎলোয়। করিগী ইচা জেমসকা শাওনবনো? ঐ খঙিঙ, ইচা জেমসনদি লাল্লম্মোই।

(মাইকেল শাওনা মমাই লৈথোকখি)

এলিজাবেদ : তাদা ইবোহল, ইচানুপী লিলিদু কদায় চৎপরা খঙদে; ঙরাং দগী লাক্তে। নুপাদা চেনবা ওইরবসু পাউ ফংগনি অদুসু ফং দে। মতম ফত্তবনি। লিলিদু মীনা ফারগা হাৎখ্রবরা করি তৌবনো খঙদনা য়ানা লৈরগা জেমসনা নাগা নুপীদু য়ুমসিদা পুদুনা লাকপনি। মাইকেলনা শাওদুনা য়ুমদা চঙগনু তানবনি। মচা নত্তে য়ুমসিদ লৈবা য়ারোই হায়বনি।

তাদা ইবোহলসু হায়বীয়ু হৌজিক করি তৌসিরা? থানাদা রিপোর্ট পীদবদি য়ারোই। লিলিদু মীনা ফারগা হাৎপীরমগনি।

ইবোহল : ইচন নুপী, নখোয়গী নচানুপী লিলি তেক্ত কায়দনা লৈরি, নুপাদা চেনবনি।

মাইকেল : নঙনা করম খঙবরা? চীন থীদুনা ঙাংবরা?

ইবোহল : ঐখোয়না লাকই বসি নুপী চেনবগী পাউ হায়দোকপা লাকপনি। লিলিদু লুহোঙবীরসিকো। লৈবাক্কি চৎনবীনি ভক্তি অমত্তংদি তৌগে।

(চাওবগা, ইবোহলগা মাইকেলদা খুরম্মী)

মাইকেল : খুরুমগনু করিগী খুরুম্বরা? (হন্দোকই)

অদুগা ইবোহল সাহেব নঙনা লিলি লুহোঙবীরসি হায়বদি নঙনা লিলিগী মমাসু মপাসু লোয়না ওইবীরোকো।

চাওবা : তাইবুংঙো, বাফমসি তরাই তরাই খনবা য়ারোইদৌরি।

মাইকেল : (শাওনা) কনানা চেনবনো? নুপাদু করি লমদগীরা? করম্বা নুপানো? মমা মপা শুনা লৈবরা, লৈতবরা? ময়ুমনা কমদৌই? মদুগী মথক্তা ঐখোয়গী লিলিনা মশানা য়ানা চৎপরা নত্রগা নুপাদুনা নমদুনা ফাবরা? মরমশিংসি অমত্তসু খঙদনা সাহেবনা লুহোঙবগী বা হায়রকপদি সাহেবনা মখোয়দগী লুপা লৌবরা?

ইবোহল : ঐ শাওগদৌরে। বাফমসি মরুপ-মপাঙ কায়নবগী বাফমলোমদা লাক্কদৌরে। অঙম-তাম্নরবদি পংফ-ফরোইসে। শক মাই খরা খরা য়েঙনবদি ফৈদা।

মাইকেল : ইবোহল সাহেব, বাফমসিদা ফাগী তৌবীগনু। ঐ পুকনুংদা য়াম্না শাওরিবনি।

মাইকেল করিগী শাওবনো? ঐখোয়গী লিলি শিদ্রবনিনা তপ্না ভাংনবসু য়াহনা।

ইবোহল : ইচন নুপী এলিজাবেদ, ঙসিদি নুপা ময়ুমগা নুপীময়ুমগা ফি শেম্নদৌরি।

মাইকেল : সাহেবসু খঙঙমগনি, মীগী মচানুপী চেন্নবদি নুপাগী মীনা নুপীগী মমা মপাদা request তৌফম থোকপনি।

ইবোহল : ঐসু request তোবা লাকইসিদি।

চাওবা : ঐ মরক থৎলগা করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে।

মাইকেল : তাদা ঙায়বীয়ুকো - ইবোহলগা ঐগা বা লোয়নখিগে।

সাহেবতি ঐগা তিম্নবনি, সাহেবনা হায়রবদি ঐনা য়ারক্কনি খন্দুনা মখোয়না পাখোন হায়রগা নঙনা 'হোই' হায়দুনা হেক্তা লাকপসি করিগীরা? ঐ খঙ্‌ঙি, নঙদি নাগাগসু তিম্নবনি,





কুকিগসু তিম্নবনি। অদুবু ইবোহল সাহেব নঙ নাগাগী মীচঙ য়াম্না চঙগনু, ঐখোয়গীসু খরা য়েঙবীয়ু। ঐগী ইচানুপী লিলিদু মশানা য়ারবসু য়াম্রবসু ঙসিগী নুমিৎসিদা য়ুমদা থিল্লক্তবা য়ারোই খরা হায়বীয়ু।

চাওবা : ৱা কায়রে ঈশিঙ শোয়দনা চংঙনি।

মাইকেল : পুলিসতা রিপোর্ট পীরগদি নুংঙাইরোই। নুপী থীল্লক্তবা য়ারোই হায়বীয়ু।

ইবোহল : মাইকেল -

চাওবা : ইবুংঙো ইবোহল, ইয়াম্বা ৱা অমত্তা হায়খিগে। ঙাংনরিবা ৱাশিদা ৱাফমসি লোয়শিনবা ইয়া য়াররোই। ঐখোয়না নুপা ময়ুম হায়বদু থোকই। ঐখোয়না খরা নোঞ্জফম থোকই।

(মাইকেলদা) ইবুংঙো সাহেব, নুপী চেনবা হায়বসি লৈবাক্লা তৌনদবা থবকসু নত্তে। সুম থোকউ হায়দুনা মশা মশা য়ানদুনা চেল্লকঅবনিনা ইবুংঙো সাহেবনা ঐখোয়বু নুংশিবীয়ু।

মাইকেল : নুংশিবীবগী ৱাদি কোন্না খন্নসি, অহানবদা ঐগী ইচাদু য়ুমসিদা পুবিরকখো।

ইবোহল : মাইকেল সুমদৌসি। নুপা ময়ুমনা নুপীমচাদু থীল্লকওই, পীরোই হায়না খনবীরো। অদু ওইরবদি কমদৌবা তারিবা?

চাওবা : ইবোহল নঙগী ৱাদু কায়রেনে।

মাইকেল : করিনো সাহেবনা হায়বিরিসিবো?

ইবোহল : (শাওনা) নুপী মশানা য়ারবসু য়াম্রবসু নুপীদি থীল্লকত্তইনে।

মাইকেল : অঙম তাম্নবগী ৱা ওইরগনা নুপীসু নুপাসু পুলিসনা ফাহনবা তারে।

ইবোহল : য়ারে, মাইকেল সাহেব পুলিসতা রিপোর্ট পীবীরুরো।

চাওবা : ইবোহল নঙবু ঙায়খোনে।

এলিজাবেদ : তাদা ইবোহলনা থব়াই অসুক য়াম্না য়াওবসি করিগী ওইবরা? নুপাগী মীগা মরি থোকপরা।

মাইকেল : নুপাগী মীদগী পৈসা চারুবগীনি।

ইবোহল : মীঙোন্দগী পৈশা চাবদি সরকারগী ফম্নাইবা ওইবা নখোয়না চাবনি। সনাজগী সেবা তৌবা ঐখোয়দি পৈশা চাদে।

মাইকেল সাহেব, নখোয়গী নচানুপী লিলিদু ঐনা ইমৌ ওইনিংদুনা ইচানুপা সনাতোম্বগীদমক য়ুমদা পুশিল্লে। হৌজিক ঐগী ইমৌ ওইরে। নহাক্না লিলিগী মপা ওইজরবসু হৌজিক্তি মপা অমা ওইবগী হক পুন্নমক ঐনা নঙোন্দগী মুন্নবনি। থানা তাক্কেরা, সিফাই তাক্কেরা, নখোয়না তাক্লিংবা কনাদনো তাকউরো। মদু পুন্নমক থেংনরগে হায়দুনা মপা ঐ লেপ্লবনি। ঐগীদি নুপী চেনবগী হায়দোকফম থোকপদু হায়দোকঅম্মেদনা। মখা তাবদি নখোয়না করি তৌসিগে হায়বদু খন্নরগা ঐখোয়দা লাকঅগা খন্নরবা য়াগনি। ঐখোয় চৎলে।

তাইবুংঙো লেঙঙসি।

(ইবোহল, চাওবা থোকখি)

মাইকেল : (নোকফেৎ তৌরগা লাওনা) হায় অঙাওবা, মৈতৈ অঙাওবা, ঐগী ইচাদু পাম্মগা পাম্মী হায়দুনা ঐঙোন্দা করিগী হায়দে। হায় নুপী হুরানবা।

(মৈ মুৎলি)

[redacted] [redacted]

# মঙাশুবা উৎপা

মফম : অহুমশুবদা উৎখিবা ক্যাটরগী কা অদুমক। রোজী কপ্পা চেনশিল্লকই, মপাগী ফমুঙদা মমাই উপশিল্লগা মখোল থোক্লা কপ্পী। বাঙম চংঙকই।

বাঙম : (ঙক্লা, নুংঙাইতনা) রোজী, অবাগী রোজী।

(চঙশিল্লগা ফমুঙদা ফমথৈ, মচাগী মকোক্তা নানবীরগা) করিগী কপ্পনো মসিদি নঙ ঐকি লাইপক্তা লাইনা তমপীপনি।

কাঙলুপকি ঈরাঙনা নঙকি অবিসু শিহনখ্রে। ঐপুসু খুৎ য়াওতপা মী ওইহল্লে। নঙপুনা পু-পাং শুদবী লাইরপী ওইহল্লে। অদুবু জেমস লাক্তুনা নঙ ঐকি পুন্সিদা যীশুনা নুংঙাইপগী মমি খজিক্তং উহন্তুনা লক্লপনি। মসিতা করিকি নীঙপা কায়কনি? বানা হৌরকপা পুন্সিতি বানা লৈকনি অদুকা বানা শিকতপনি।

(নোক্লিংদনা নোক্লগা) অপঙবী, অবাপা নীঙপা কায়পপু নঙপু কিপরনে?

রোজী : (কপ্পা) অবা, ঐ শিপা পামলে। ঐ শিপা পামলে।

বাঙম : শিপবু শিনিংঙি হায়তুনা শিপা য়ারপতি করিকি অসুক বাকনি? য়েংঙু ঐঙোক্তা, য়েংঙু, ঐ নুমিত্তুদা করিকি শিখিতে? ঐপু অসুন্না হিংহল্লিপসি করিকীনো নঙ খঙতপরা?

রোজী : (মপাদা য়েংঙগা) ঐকি করি ইরাল লৈ? ঐনা কনাতা করি লানখি?

বাঙম : অবাগী লাইপক থীপী নঙতি লাইরপিনি। অদুকা ঐঙোন্দা য়েংঙু, ঐকি ওইরিপা ফিবমসিতা য়েংঙু অবাগী রোজী। (কপ্পী)

রোজী : অবা (মখোল থোক্লা কপ্পী)

বাঙম : (মপি তৈথোকঅগা) কপকনু রোজী কপকনু। নঙনা কপ্পকা ঐকি থম্মোইসি খাঙপা ঙমতে। নঙ ঐকি লাইপক্তা যীশুনা পীরমপা অবাপসে নোক্লা নোক্লা খাঙপা তাপনি। কপকনু, ঐনা পোকপা ইচাকি মিত্তা পি তাপা পকচদে।

(তপ্পা চঙখি)

রোজী : (কপ্পা) অবা, ঐসু মীনি, নুপীনি। করিকিনো মীপু মীনা মী ওইনা খন্তপসিপো?

(জেমস ফিংনা চংঙকই)

জেমস : (মনাক্তা ফম্মগা) রোজী করিগী কপ্পনো? নঙগীদমক ঐ লৈরিসিদি। ঐ পুন্নমক থাদোক্লবনি। নঙগীদমক ঐগী পুন্সিসি লেপ্লবনি।

রোজী : (কপ্পা তোক্লগা মপি তৈথোকই) ঐসি কনাসু নত্তে। (হৌগৎলি) ওয়াগী ইপানা হায়পতু য়াপীয়ু। ওয়াবু পোকপিপা ইপা ইমাদি লাইকুম্পনি। কনাসু নত্তপা চীঙকি লাইরপী ঐকিতমক ওয়াবু পোকপা ইমা ইপাবু থাদোকপা য়াপরা? ওয়াবু চাওননবা য়োকপিরকপা মখোয়কি অপামপা ফংহনপনা ওয়াগী তোফম থোকপনি।

জেমস : রোজী, মীওইবগী শক মান্নদবগুম বাখলসু মান্নদে হায়বা নহাক খঙদবরা? মী অমগী অনিঙবগী মতুং ইন্না মীপুম খুদিঙমক্লা তৌগদবনি, মখোয়না নীঙবা খুদিঙমক অচুম্বনি হায়বা তারবদি মী ওইনা পোকপগী ঐগী বাখলগী মনীঙ তম্বদু কদায়দনো?

রোজী : মনীঙ তমপা হায়পপু করিনো? মচা ওইরকা মমা মপানা হায়পা য়াত্রবতি মমা মপাতা পাপ তৌপা ওইরোইতরা?

জেমস : পাপ করিনো, পাপ নত্তবনা করিনো ঐ খঙদে। ঐদি নঙগীদমক লেপ্লবনি। ঐ পুন্নমক থাদোক্লবনি।

এলিজাবেদ (মপান্দগী) মাইকেল, ঐ চঙগে।

(এলিজাবেদ চঙ্‌ঙকই)

জেমস, নঙ নমাই ইকাইবা খঙদবরা? ঐসি নঙবু পোকপনি। নঙগী দেদিনা লমসিগী অচৌবা ওফিসারনি হায়বা নঙ কাউবরা? Why don't you understand it? ক্বার্টরসিদা করিগী মখোয়বু থম্বরা?

জেমস মম্মি, মম্মিনা মহাকপু ঐগী নুপীনি হায়দুনা লৌশিনবা ঙমদবগী মরম করিনো? মহাকপু মী নত্তবরা? মম্মি, মী থরানা হুরাল্লগ মী খুদিঙমকপু হুরানবনি হায়না খনবদি লানগনি। নাগা খুদিঙমকপু ফত্তবনি হায়না লৌগনু। কুকি খুদিঙমকসু অফবা ঙাক্তা নত্তে।

এলিজাবেদ : নঙগী বাদু ঐ তাদে। মাদি নঙগী দেদিনা য়াদে, ঐনসু য়াদে।

জেমস : অদুদি মম্মি, চৎপীরো। ঐবু মম্মিনা হায়বা য়াদে হায়দুনা শাওবীগনু. মম্মিগা দেদিগনা পাম্বা ঙাক্তা ঐবুসু পাম্মু হায়বদুদি ঐদি ঙম্মোই। লাইরিক হৈরবা, প্ঙান তারবনি হায়রিবা মম্মি দেদিখোয়না জাৎ বীজাৎ, নাগা কুকি হায়দুনা কাঙলুপ মশেল নুংশিনদনবা তৌবসিনা চীঙদা মীচন্না অরাবা তাবনি। ঐনা পামজনা লৌজবা রোজীবু দেদিনা য়াদে মদুগীদমক দেদিনা ঐবু য়ুমদগী তানবনি। ঙসিদগী নখোয়গীদমক জেমস শিখ্রে। মম্মিসু শিখ্রবা ঐবু অমুক হন্না থিবীরক্কনু।

এলিজাবেদ : করিসু লৈতবী নুপী অসিগীদমক নঙগী মমল য়াম্লবা পুন্সিদু মাংহল্লগে খনবরা?

জেমস মম্মি, মীবু কনাদগী কনানা মমল য়াম্বনো? মম্মিনা ঙসি করিসু লৈতবীনি হায়রিবা মহাক অসিনা মম্মিদগী করিদা হন্থবনো। মহাক অসিসু তাইবঙ মীনি। মাসু তুংগী মমানি। মহাক্কি মচানা তুংগী জাতিগী য়ুম্বীরেল ওইবা য়াদে হায়বা লৈবরা?

রোজী : ওয়া, ঐপু অতুম্না হায়পীকনু। ঐকা মম্মিকা চাংতম্নপা য়াতে। মম্মিনা হায়পা চুম্মী। ঐকুমপা করিসু লৈতপী অমকিতমক

ওয়াকি মমল য়াম্লপা পুন্সি মাংহনপীকনু। ঐকিতমক বাপিকনু। (এলিজাবেদতা) মম্মি, মম্মিনা করিকি থবাই বাপনো? বাপিকনু। ঐকা ঐকি ইপাকা ওয়াকি পুন্সিতকি লাপ্না চৎপিকে।

জেমস : রোজী

রোজী : (কপ্পি কপ্পি) নারক্কি লৈরাঙ অমকিতমক কনানা মীনুংশি পোকপিকনি। কাঙলুপকি নুংশিনতপা মরকসিতা ওয়াকুমপা পুকচেল অচৌপা মী য়াওরি, ঐখোয়কিতমক লেপ্নীরি খঙপতা ঐহাক পোকপকি মহৈ ফংলে। ঙসিতি ওয়াসু ইমা ইপানা হায়বা ইনপীয়ো।

জেমসে : য়ারোই, রোজী য়ারোই। ঐদি নঙবু থারোই। নারক্কি লৈরাঙ নঙগীদমক ঐহাক লেপ্নি। মম্মি, দেদিনা হায়বা ইন্দবগী মপোক মপোক খুদিঙদা hell দা (নোরোক্তা) তারবসু ঐদি নঙবু থারোই।

রোজী : ওয়া।

(মাইকেল শাওনা চংঙকই)

মাইকেল : (শাওনা) জেমস, নঙ ঐগী ইচানি হায়বা কাউথোকপরা?

(বাঙম থো রকই)

বাঙম : নঙতি কনা ওইপীপনো?

মাইকেল : ঐ জেমসকি মপানি। নঙদি কনানো? মফমসিদা করি তৌরিবনো?

বাঙম : (হরাওবা মতৌ উৎলগা ) ঐসু রোজীকি মপানি। করিনা সেপা তৌকনি? রোজী নঙকি নকুবোক লাকপা নঙ খঙতপরা? চা পুপিরকউ।

(চৌকি চীঙথোক্লগা মাইকেলদা)

সিদা ফমপীয়ু।

মাইকেল : ঐনা লাকইবসি ফম্বা লাকপা নত্তে। নখোয়বু কার্টরসিদগী

তাম্বোকপা লাকইবনি।

ব্রাঙম : ঐখোয়তি তান্ত্রপসু চৎথিকনিনা। অতুপু ঐকি ইচা রোজীকিতি য়ুমসি মাকি নুপাকিনি।

মাইকেল : নঙগী নচানুপীসি ঐগী ইমৌ ওইবদি লাইরদনা মীনাই ফাওবা ওইহন্নিংদে।

ব্রাঙম : ওইহন্নিংঙমতপা য়াই। মতুনা নঙকি ব্রাখলনি। সরকারকি ফন্নাইপা অমা ওইরকা পৈশা খরা পায়রকা পুকচেল পীক্লা, নাপল তৌরিপা সাহেপনা খঙকতপা অমনা মীনাই ফাওপা ওইনিঙতপী ঐকি ইচাসে মপা ঐঙোম্ভতি নিংথৌকি মচানুপীতকিসু হেনপনি। ঐগী ইচানুপীপু মপা ঐকি মাংতা থীনা হায়পতি ঐকি ইখুৎ য়াওতে হায়তুনা তৌপরা? ঐ মপানি, খুৎ য়াওত্রপসু মপা ঐ লৈপসি কাউথোকপিকনু।

রোজী : অব্রা। (মপাদা পায়)

ব্রাঙম : নখোয়না ঐখোয়পু হম্বনা য়েঙপা করিকিনো?

চুম্মী, ঐখোয় লাইরপনি অদুপু ঐখোয়সু মীনি।

মাইকেল : ঐগী ইমৌ ওইনিংদে হায়রগা করিগী শাওবরা?

ব্রাঙম : সরকারগী অচৌবা সাহেব, ঐকি ইচানুপীনা নঙকি নচানুপাবু নঙকি য়ুমতকি ফারগা নমতুনা লৈখিপতি নত্তেনা। ঐকি ইচাকি করি মরাল লৈতনা নঙকি নমৌ ওইপা য়াতপা?

মাইকেল : জেমস।

জেমস : দেদি য়ুমদা হনবীরো।

এলিজাবেদ : নঙ ঐখোয়না হায়বা য়াররোই হায়বরা?

জেমস : মীবু মী নত্তে হায়বদি ঐদি করম্না হায়গনি?

মাইকেল : জেমস, নঙনা তৌরিবসি নঙোন্দা কান্নবা করিমত্তা ফংঙোই। নঙনা নঙগী নকোক অদু মীয়াম মরক্তা লীখৎপদি লাইরদনা নখোঙ অদু Hell দা (নরক্তা) পুখরবনি। ঙসিদগী নঙ

ঐখোয়না শিশ্রে হায়না লৌরবনি।

(এলিজাবেদতা) চৎখসি লাকও।

(মাইকেল, এলিজাবেদ শাওনা থোকখি)

রোজী : ওয়া, ঐখোয়সু য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎলকে।

অবা ঐখোয় চৎলসি।

জেমস : রোজী !!!

(বাঙম তপ্পা চঙখি)

নঙনা হায়রিবসি করিনো রোজী? থব্বাইগা হকচাংগা কায়নবা য়াবরা?

রোজী : নখোয়গী জাতিগী মীনা উরকা ওয়াবু থীনা হায়পিকনি।

জেমস : হায়সনু, ঐদি নঙগীদমক পুন্নমক খাঙবা ঙমগনি। রোজী।

রোজী : (শাওনা) ঐতি কনাসু নত্তেনে ওয়া।

মীপু মীনা মী ওইনা উতপা, কাঙলুপকি ঈরাঙনা নৈহৎলবা রোজীদি স্বর হোনপতমক ঙায়রপনি, শিরপনি।

(কপ্পা কপ্পা ফমুংদগী ফি-রোল থুপচিল্লি)

জেমস : ঐনা নঙবু নুংশিবগীদমক পুন্নমক থাদোক্লবা জেমস নঙগী বাহৈশিংদু তাননবগীদমক্তদি নত্তে রোজী। হায়য়ু রোজী, নঙগীদমক্তা কাঙলুপকি পল নমখায়দুনা লেপ্লীবা জেমস নহাক্কি কনাসু নত্রবরা?

রোজী : (মপি তৈথোক্লগা শাওনা) ঐকিতমক লেপ্লীবা নঙপু ঐকি কনানো ঐ খঙতে। ঐতি লমলানপীনি, জাৎসু তিন্নতে। নঙকি ইমা ইপানসু ঐপু পামতপনি। ঐতি নঙকি নফমতসু চঙফম লৈতে।

জেমস : রোজী নঙনা হায়রিবদু করিনো? অদুদি হায়য়ু ঐনা নঙোন্দা পীখিবা নুংশি খুদোলদুদি লমখাঙদা মাঙহনখিগে হায়বরা?




রোজী : অদুদি পৃথিপীতা লৈরিপা মী খুদিঙমক্কা মমিৎ লাউথোক্কুনা ঐপু চাকতপগী য়েঙতুনা মপা য়াওতপা মচানি হায়রপসু ঐনা মতুতি খাঙকনি।

(লাওনা) অবা নঙপু কতায়তা লৈপরা? চৎপিসে লাকও।

(চঙখি। জেমস তৌফম খঙদনা লৈ, মনুঙদা চঙখি, য়াম্না থুনা অমুক থোরকই)

জেমস : (মতোমতা) রোজী নঙগী লৈরাঙগী লৈনাগুম্না থোৎলবা থম্মোইনুংদা অচাকপা মৈতাল ফুল্লমগনি হায়বদি ঐদি থাজরুদে। ঐগী বাংনা শাগৎচরুবা আশাগী দলালদি মঙলানগী ফুরা, লৈঙোয়গী তাজমহল ওইরম্লে।

(রোজী ময়োম অমা পায়রগা য়াম্না থুনা থোরকই, চৎখিগে তৌই জেমসনা ময়োমদু মুল্লগা লঙথোকই)

রোজী নঙ চৎখিবা য়ারোইনে।

রোজী : (শাওনা) করিকি খামপনো? ঐতি নঙকি কনাসু নত্তে। নঙনা কুকিনি। ঐনা নাকানি নঙগা ঐকাতি য়েক্নপনি।

জেমস : (শাওনা) রোজী।

(রোজীগী মমাইদা খুৎপাক্লা থায়, রোজী মমাইদা মখুৎনা পায়রগা জেমসতা মুন্না য়েংঙি, জেমসনা রোজীবু য়াম্না নুংশিনা কোনশিল্লি।)

(মৈ তপ্পা মমশিনখি)





# তরুকশুবা উৎপা

মফম : অনিশুবা উৎখিবা মাইকেলগী Drawing Room অদুমক।

(কুকিগী য়ুম)

মতম : মাইকেল সোফাদা ফম্মগা ইংলিসকি খবর অমা পাদুনা লৈ। Calling bell খিংঙকই।

মাইকেল : (লাওনা) কনানো? চঙবীরকউ য়ানি।

(ইবোহল চংঙকই, মাইকেলগা বা ঙাংনদনা ইবোহলনা চংশিন্দুনা সোফাদা ফম্মী)

ইবোহল : ঐনা লাকপসি নঙগী নবুক্তু নাবরা?

মাইকেল : পুক নাবা নত্তে, নঙগী নশক্তু য়েংনিংদবনি। নঙনা লাকইবসি করিগীরা, করি হায়নিংবগীরা?

ইবোহল : মাইকেল নঙসি থম্মোই য়াম্না কনবা মপানিনে। নচানুপীবু হোইনি মাইনি হায়দনা থা ৬/৭ পু তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্মীনে। নঙবু করম্বা মপানো মচাবু নুংশিদবা ঙম্বসিবো। ঐখোয়দি ইচাসি চাগদৌবগুম নুংশিদো। হন্দুদৌরবা ইচানুপাসি ঐগী মিত্তদি পীশক পীক্লিবা অঙাংগুন্না উরি ঙসিসু।

মাইকেল : হায়গদবা লৈরিবরা?

ইবোহল : লৈরি, য়াম্না লৈরি। হায়নিংবগী হায়নিংবা ঙাক্তনি, ঙাংনিংবগী ঙাংনিংবা ঙাক্তনি। মীনা চৎনদবা হৌনদবা ঙাক্তনিনে নঙনা তৌরিবসে। নচানুপীনা চেন-চোংঙবদি নচানুপীগী মচীন হংবা চৎনৈ। মদুসু তৌদে। সেনি মাইনি হায়দুনা ৱাহৈ অমফাওবা হায়রদ্রে। নঙনা পাম্মীবসি করিনো? ঐখোয় মীনি হায়বসি নঙ কাউরবরা?

নঙ ঐ পীশক পীক্লিঙৈদগী তিন্নরকপনি। ঐগী পাবুঙনা নঙবুসু মাগী মচানি হায়রম্বা নত্রা? নঙ ঐ তিন্নবদা ঐগী পাবুঙনা নোংমতা হাও মৈতৈ হায়দুনা ৱা ঙাংখিবরা? (হৌগৎলি)

মাইকেল : পাবুঙদুদি নঙদগী পাবুঙ নত্তে, ঐগীসুনি। পাবুংদা লানবদি পাপ পুগনি।

ইবোহল : মাইকেল, জেমসনা পামজবা নুপীদু নাগানি হায়বগীদমক নঙনা জেমসপু ইহ্লোকপা, নঙনা জেমসতা শাওবগুম নচানুপী লিলিদসু শাওরি নত্রা? নঙনা শাওরিবদু ঐঙোন্দা শাওবনি হায়না ঐনা লৌগনি।

মাইকেল : করিনো নঙনা ঙাংঙিবদো? ঐসু মপানি। নঙনা য়াম্না পামজনা লৌরিবা নমৌ লিলিদু পোকপা মপানি ঐ। ঐগীসু মপাগী থম্মোই লৈ।

ইবোহল : নঙ মপানি হায়বসু ঐ খংই। মপাগী থম্মোই পাল্লি হায়বসু ঐ খঙিঙ অদুবু নঙনা জাতি তিন্নদবা মীওইশিংদা য়েংঙিবো মিৎয়েংদুদি ঐ পেন্দে।

মাইকেল : (নোকঅগা) নঙগী ৱাসিদি নুংঙাইদা।

ইবোহল : মাইকেল ঐদি নঙদৌনা জাৎ-বীজাৎ, লাইর-ইনাকখুনবা খায়দে। নঙদবু জাৎ বীজাৎ খায়দুনা নচানুপা জেমস নচানুপী লিলিবু ইহ্লোকপা ঙম্বনি। ঐদি নঙগুম্বা মপা নত্তে। ইচাগী অপাম্বদা ঐখোয়না করিগী য়েৎফম থোকই। ঐখোয়গী লৈবাকসিগী



অপুনবা শক্তম কনগে হায়রবদি ঐখোয় নুংশিননা হিংমিন্নবা তঙাইফদবনি।

মাইকেল নঙ লাইরিক হৈবনি, আই: এ: এস: ওফিসারনি, লৈবাক্কি ফম্নাইবনি। নখোয়গী নতৌ মীয়াম্না তম্নগদৌরিবনি। অদুগুম্বা নখোয়না য়াম্না খুখ্রবা মিৎয়েং অমদা ঐগী মীগী খায়দুনা কাঙলুপ মশেল নুংশিনদনবা হোৎনরবদি ঐখোয়গী তুংগী পুন্সি করি ওইরক্কনি। চীঙমী তম্মী ইচিল ইনাও ঙাক্তনি। পীকখ্রবা মনিপুরসিদা য়ামখিদ্রবা মীশিং অসি অমুক্কা হন্থনবা তৌরগা করি কান্নগদগেনে? নোংমগী কাংদনা মৈ থারে, হাৎলে, তুপ্লে, চৎলো হায়রে, শিরম্মে - করিনো ঐখোয়না তারিবসে?

মাইকেল : নঙনা ঙাংঙিবদু ঐ তানিংদে। ঐগী ইচানুপী লিলিদু লুহোঙবীরনি।

ইবোহল : (শাওনা) পৈশা কয়া য়াম্না পায়দননো নঙনা মীবু মী ওইনা উদ্রিবসে? নঙনা ঐঙোন্দগী পৈশা হেন্না পায়বরনে? নঙ ঐনা পায়রিবা পৈশাসিনা মী শাবদি য়ারোইনে মাইকেল।

মাইকেল : নঙগী বাদু লোয়শিনবা য়াদ্রিবরা?

ইবোহল : নঙগী থম্মোইদু কনমল্লি।

মাইকেল : ইচানুপী লুহোঙবগী বা হায়গে। Church তা হোংগদরা নখোয় মৈতৈগী মওংদা হোঙগদরা, মদু হায়য়ু।

ইবোহল : মাইকেল, নঙদি ঐগী মরুপ্নী। নঙনা নঙগী নচানুপী লিলিবু লুহোঙবীদে হায়দুনা শাওদুনা হায়বদি নত্তে। নঙসু মপানি। মপা অমগী থম্মোইদুদি পানফম থোকই। নঙনা নচানুপী লিলিবু নুংশিবগুম নঙগী নমৌ নপীগী মপাদুনসু মচানুপীদুবু নুংশিফম থোক্তবরা?

ময়ুম মকে মৈ থাদোকপিখ্রবা, কাঙলুপকী ইরাঙদা মমা শিখ্রবা, শোয়নায়রবা মপা নত্তনা কনাসু লৈজদ্রবা মহাকপু

পুন্সিগী লোয়নবীনি হায়দুনা লৌশিনবীরিবা জাতিসু তিন্নদবা নঙগী নচানুপা জেমসকি পুকচেল্লনা চীঙদগীসু হেন্না চাওরগা নঙগী থম্মোইনা শমনাদগীসু হেন্না পীক্লিবা করিগীনো? ঐঙোন্দদি নঙনা হায়নিংবা হায়য়ু, চৈনিংবা চৈয়ু, নচানুপীফাওবা ইঙ্গোকউ, ঐদি করিসু খনবীরোই। অদুবু কনাসু লৈজদ্রবা জাতিসু তিন্নদ্রবা, নহাক্কি নচানুপা জেমসকি মীনুংশি মখাদা হিংদুনা লৈজরিবা শোয়নায়রবা মঙোন্দদি নহাক্কি অকনবা বাহৈশিংদুনা ব্রজ শীঙজঙদগীসু হেন্না তমথীবা চৈনা ফাওহল্লম্মোইদরা?

মাইকেল নঙনা ফনা য়ান্না ইঙ্গোক্কুনসু জেমসসি নঙগী নচা নত্তে হায়বা য়ারোই। জেমসকা রৌজীগা মখোয় অনিনদি নাগা কুকি অনিগী নুংশিনবগী লময়ানবা হৌখ্রগা নঙনা সোমদা নাপল কাদুনা লৈরি। ঐনা চীঙমী নিঙোল অমবু ইমৌ ওইনা লৌরিবসিসু নঙদি অর্থ খঙিঙরোই।

মাইকেল : হৌজিকফাওবা নঙগী হায়গদবা লোয়দ্রি?

ইবোহল : ঐনা হায়খ্রিবশিংদু ননা নাম্মদা চঙখ্রগা ননা নাম্মদা লোয়না অমুক থোকখিবা নত্রা?

মাইকেল : ঐগীদি নঙনা লোয়না খঙবা নত্রা?

(Telephone খিংঙকই, মাইকেলনা পায়খৎলি)

Hello, yes মান্নি।... লৈয়ে। (ইবোহলদা) নঙগী Phone .(ইবোহলনা চঙশিন্দুনা মাইকেলদগী Phone লৌই)

ইবোহল : Hello . . . আ, করি তৌরে? . . . আ . . . লম্ফেলদরা, পোরোমপাত্তরা কদায়দনোমা পুরক্নবা তৌ হায়য়ুনে। আদা Dispensary দদি য়ারোইনে। ... আ থম্মগে।

(Phone থম্মী, সোফাদা চংশিন্দুনা ফম্মগা তুমিন্না লৈ)

মাইকেল : করি তৌরে?





ইবোহল : (নুংঙাইতনা) জেমসকি মকুবোক রোজীগী মপা বাঙমদু মশক খঙদবা থরানা নোংমৈনা কাপ্লম্লে হায়।

মাইকেল : What ! That's impossible.

ইবোহল : মাইকেল, কৈদৌঙে লোয়গদৌরিবগে ঐখোয়গী লালসিবো?

(এলিজাবেদ ফিংনা চেনশিল্লকই)

মাইকেল : এলিজাবেদ! করি তৌরে?

এলিজাবেদ : (কপ্পা) জোনদো ফাখ্রে।

ইবোহল : (ফিংনা) কনানা ফাবনো?

এলিজাবেদ : (কপ্পা) ঐসু খঙদে, জোম্না গাড়ি থৌরগা ঐখোয় অনি চৎপনি, লম্বীদা মী মরিনা খাম্মগা ঐবু কুমথহল্লগা নোংমৈ উত্তুনা গাড়িগা জোনগা পুখরে।

(মাইকেল ফিংনা থোকখি, এলিজাবেদ ইন্নখি)

ইবোহল : হাই মাইকেল, ঐগা চৎসি ঙায়খোনে।

(ইবোহল থুনা থোকখি)

## (মৈ মুৎলি)





# তরেৎশুবা উৎপা

মফম : ৱাঙমনা লৈবা জেমসকি ক্বার্টরগী কা অদুমক।

রোজী কুম থা শুরকপগী মশা লুন্না থোরকই। ফাল অশাঙবা অমদা ফল্লগা মিংশেল য়েংনা য়েংনা মশম হাৎলি। মোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা মরোল য়াওদবা ঈশৈ অমা ঙংঙি।

জেমস civil dress তা চংঙকই।

জেমস : রোজী নঙদি হৌজিক ফাওবা লোয়শিন্দ্রি?

রোজী : শমসি হাৎলগা লোয়রেদা।

(জেমসনা রোজীগী মনাক নক্লা চৌকি অমা চিংশিল্লগা ফম্মী)

জেমস : কদায় শমজেত্তু ঐঙোন্দা পীরকউ।

(জেমসনা রোজীদগী শমজেৎ লৌরগা রোজীগী মশম হাৎপি)

রোজী : (তপ্পা) ওয়া নঙ ঐপু নুংশিপরা?

জেমস : রোজী, নঙগী ৱাহংদুগী পাউখুম ঐগী লৈতে।

রোজী : করিকি লৈতপা?

জেমস : নঙগী ৱাহংদু করিগী হংবরা?

পৃথিবী পুম্বসিনা নাকপাক তাগ্রবসু ঐদি নঙগীদমক লেপকনি। ঐবু থাজৌ রোজী।

রোজী : অদুদি ঐতি কয়াতা লাইপক ফরপা।

(শমজেৎ রোজীদা পীরগা জেমস তপ্না হৌগৎলি, রোজীগী মকোক্তা তপ্না নানবীরগা)

জেমস : লাইবক ফরিবদি নঙ নত্তে, ঐনি, জেমসনি। থা অমখক্তমক ঙাযরেদনা ঐনা মপা ওইগদবা। থা অমা লৈরগদি নঙ ঐগী অপুনবা শক্তম অমা তাইবঙপানবসিদা ঈশ্বরনা থাবীরক্লগনি। অদুদগীদি -

রোজী : অতুতকিতি করি?

(কন্সতেবল অমা চংঙকই, জেমসতা সলাম তৌই)

কন্সতেবল : সার, Head Quarter দগী Message অমা লাকইয়ে, অমুক্তা লাকপীয়ু হায়রকই।

জেমস : আ, ঐ লাকে।

(কন্সতেবলদুনা সলাম তৌরম্মগা থোকখি)

রোজী, নঙ লোয়শিল্লম্মো, ঐ থুনা লাকনি।

(জেমস থোকখি)

(রোজী হৌগৎলি, মরোল য়াওদনা ঙংলম্বা ঈশৈ, মরোল য়াওনা শক্লকই)

রোজী : ঈশৈ ঃ

ঐগী নাক্তা নক্লা চংলকউ,
নুংশিবা হায়না পেন্না কৌগে,
য়েংলখোকো ঐঙোন্দা পেঞ্জনা,
নঙগী নুংশিগী খুদোলগী ইপোমসে।




অচিকপনা ঐবু নোক্করম্বা,
বাখলগী থম্মোয় কায়হল্লম্বা,
ফোংঙমন্দ্রবা পাউখোঙগুম খল্লম্বা,
পুন্নমক চৎপ্রবনি ইফমদগী।

অনৌবা আশাগী ইথক্লা
হিংনিংহল্লো পুন্সি নৌহৌননা।
তম্বীয়ু ঐঙোন্দা নুংশিবগী শুর
রাগ কায়দবা ছন্দদা
হো হো হো

(ঈশৈ লোয়রিবঙৈদা জেমস চংঙলকই, তুমিন্না ঈশৈদু তাদুনা লৈ।

ঈশৈ শকপা লোয়দনা খঙলেপ লেপ্পগা মখুৎনা মপুক্তা পায়রগা অনাবা চৈনা খংঙি। জেমসনা ফিংনা রোজীগী মনাক্তা চংশিল্লগা রোজীবু কোনশিল্লি।)

জেমস : রোজী, রোজী

(তপ্না রোজীবু ফমুংদা ফমথহল্লি)

ঐ Dispensary দা ডাক্তর লৈবরা য়েংঙুগে।

রোজী : (জেমসকি মখুৎ ফারগা) জেমস নঙ চৎকনো নঙ ঐপু থাদোক্কনো।

জেমস : রোজী, নঙ অসুন্না লৈবা য়ারোই। (বাঙম চংঙকই)

ইপা রোজীবু য়েঙবীয়ু, ঐ ডাক্তর কৌগে।

(জেমস ফিংনা থোকখি)

[redacted] [redacted]

বাঙম : রোজী।

রোজী : অবা ঐ য়াম্না বাইয়ে।

বাঙম : রোজী, নঙ করিসু তৌরোই। করিসু তৌ রোইকো।

রোজী : অবা ঐ শিকতরা?

বাঙম : শিরোইয়ে।

রোজী : অবা জেমস কৌপীও। করিকি মানা অসুক কুইনা চৎপরা? করিকি মানা ঐবু থাতোকপরা, অবা জেমস লাক্লরোইতরা?

(বাঙম্না লাপ্না য়েংই)

বাঙম : জেমস লাকলে, ডাক্তরসু লাক্লে।

(জেমসনা মাং থারগা ডাক্তর চংঙকই। ডাক্তরনা মিহুল হায়ফেৎ য়েংই)

ডাক্তর : মনুঙদা কা লৈবরা?

জেমস : লৈয়ে।

ডাক্তর : অদুদি মনুঙদা পুশিনসি।

জেমস : য়াদি ডাক্তর।

(জেমসনা শৌরগা রোজী মনুঙদা পুশিনখি। বাঙম তৌফম খঙদনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি।)

ডাক্তর : (মনুঙদগী) ঈশিঙ অশাবা খরা পীয়ু।

বাঙম : (লাওনা) ঈশিঙ অশাবা লৈপনে।

(জেমস ফিংনা থোরকই)

ডাক্তরনা থা অমা বাৎলি হায়পা নত্রা?

জেমস : হায়বনি ইপা অদুবু করিগীরা খঙদে।

(তৌফম খঙদনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি বাঙম মচিন্দা মরুম মরুম শোল্লি। মনুঙদা রোজী চৈনা খাঙবদা লাউ খোংঙকই।)

রোজী : (মনুঙদগী) জেমস, অবা

[redacted] [redacted]

জেমস : রোজী, Oh God ঐগী রোজীবু কনবীয়ু। রোজীনা ফংগদবা চৈনা খুদিংমক ঐঙোন্দা ফংহনবীয়ু।

(রোজীনা মনুঙদগী কন্না লাউরকই

লিলিগা সনাতোম্বগা চংঙকই, লিলি মনুঙদা চংখি)

সনাতোম্বা মরুপ নঙ লাকপা ঐ য়াম্না নুংঙাই।

(মখুৎ শোক্লে)

(মনুঙদা অঙাং কপ্লকই, লিলি ফিংনা চেপ্পোরকই)

লিলি : অঙাং পোকএ।

জেমস : (হরাওনা) নুপারা নুপীরা?

লিলি : অদুদি খঙদে। (অমুক চেনশিনখি)

সনাতোম্বা : (বাঙমদা) ইপা হৌজিক্তি ইশু অমা ফংলবনিনা হরাউম্মগনি।

বাঙম : থবাই য়াম্না বাপিপনি। অতুপু হৌজিক্তি ফপিগ্রে।

(লিলিনা অঙাংদু মথাদা কোল্লগা পুথোরকই, ময়াম অঙাংদা য়োমশিন্দুনা য়েংঙি)

জেমস : নুপারা নুপীরা?

লিলি : নুপানি।

(ময়াম্না অঙাংদা য়েংদুনা হরাওনরিঙৈ ডাক্তর শুকথনা থোরকই)

জেমস : ডাক্তর, Is she all right ?

ডাক্তর : জেমস, I am very sorry. ঐ মাবু কনবা ঙমহৌদ্রে।

জেমস : No (ফিংনা) রোজী, রোজী

(মনুঙদা চেনশিনখি)

(মনুঙদগী) রোজী, (য়াম্না কম্না) রোজী।

(মপান্দা ময়াম চঙরুদুনা লৈ)

(মৈ মুৎলি)

[redacted] [redacted]

# নিপালশুবা/অরোইবা উৎপা

মফম : মাইকেলগী Quarter গী কা অদুমক।

মতম : জোন মথবাক, মপুক্তা Bandage চাওনা য়েৎলগা ফুরিৎ থবাক কুদাম পান্দবা অমা লিৎলগা চৈশু অমা পায়রগা তপ্না তপ্না খোরকই।

জোন : (মতোমতা) তাইবঙ মীসি শিয়ু হায়রবসু শিবিদে, শিগনু হায়রবসু হেক্তা শিবিবা - ঙকপিদা।

(সোফাদা তপ্না ফমথে)

শিরবনি হায়দুনা ঐবু হন্দোকপিবা, ঐসু শিরবোই নীঙবা অদুগা ঐনা শিবিদবা। (মতোমতা নোকই, শকফম হঞ্জিল্লগা) মী হাৎনবসি ফত্তেদা, ঐগীসু ফত্তে, মীগীসু ফত্তে। সিবু কনানা কনাগীদমক হাৎপরনে?

(জোননা মখুৎনা শো চবুন অমা সোফা মথক্তা থেঙনৈ পায়খৎলি, বাংনা থাঙ্গলগা য়েংই)

Oh. God, মসিদি দেদিগী উপুগী শোনি। আই, God নঙনা ঐবু চানবীবা ঐ য়াম্না নুংঙাই। নঙ লৈ হায়বদি ঐদি নহালমখৈ থাজদবনি। অবাবা তারবা তাইবঙ মী ঐবু থৌজানবীবা হে তাইবঙ মপু ঙসিদগীদি তোল্লবা ননাইদা থাজবা পীবিরে। ঐবু নঙনা চানবীরে।

ঙসিদি ঐনা দেদিগী উপুদগী লুপা খরা লৌরগা প্রভুগী মফমদা কৎকেকো।

(তপ্না হৌগৎকে তৌই, এলিজাবেদ থোরকই, কোইয়েং য়েংই, জোনগী মখুত্তগী শোদু লৌই। জোন্দা হায়ফেৎ য়েংই)

এলিজাবেদ : জোন নঙ ঙাওবরা? Doctor না নঙ ফম্বা য়ারে হায়বরা? নঙ ঙাওগদৌরেকো।

(চঙখি)

জোন : (মতোমতা নুংঙাইতনা) করি তৌরে প্রভু? ঐগী থাজবা মাং হনবীরে। ননাইনা করি লানখ্রে? ননাইবু নোংমৈনা পান্দুনা শিগদবদগীদি, কনবিরগা ইখুত্তা পায়রম্বা Key বু The way to the money অসুক থুনা মাংহনবীবা নহাক্কি করম্বা নতিক্লো? প্রভু ননাইবু নুংশিবিয়, কৈদৌবগে?

(এলিজাবেদ থোরকই)

এলিজাবেদ : জোন নঙ করি ঙাংবরা?

(লিলি অঙাং অমা পম্মগা চংঙকই)

(ঙক্লা) লিলি। করিগীরা? অঙাংদুনা কনাগীরা?

লিলি : (কপ্লিং কপ্লিং) মম্মি, অঙাংসি জেমসকি মচানি। রোজীদি ঙরাং অঙাংসি পোকপদা শিখরে।

এলিজাবেদ : (ঙক্লা) করি হায়বা !!!

লিলি : (কপ্পা) ঐখোয়গী জেমসতি অঙাংসি থাদোকউ য়াদবনি, শিবা তারে হায়দুনা ঐনা মুল্লগা পুরকপনি। মম্মি জেমস অঙাওবা ওইরে।

(মাইকেল থোরকই, থোঙ ময়াদা লেপ্লগা লিলিদা য়েংদুনা লৈ)

এলিজাবেদ : মাইকেল, ঐখোয় হৌজিক করি তৌগদরা?

 

জোন : মম্মি, বাশিন্নগনো। জেমসপু নচা নত্তে হায়ব্রগা করিগী বাবা শাবনো? বাবা শারগা শিগ্রবা রোজীদু হিংগৎপা য়ারোই। হৌজিক রোজীসু শিখরে, অপিকপা অঙাংসিসু মমা য়াওদ্রবদি অদুম শিখিগনি, নুংঙাইরগনি।

লিলি : (মাইকেলগী মনাক্তা চংশিল্লগা) দেদি অঙাংসিগী মরাল করিনো? অঙাংসি শিগ্রবদি ঐখোয়গী জেমসসু শিগনি।

এলিজাবেদ : মাইকেল করিগী তুম্মিন লৈবনো?

জোন : লিলি, কুকিগা নাগাগা য়েঙথিনবনিনা অঙাং অপিকপা অদুদা তায়নসি, অঙাং হাৎসিদা। অঙাং হাৎলবদি ঐখোয় হরাউরেদনা, ঐখোয়না ঙম্মেদনা।

এলিজাবেদ : মাইকেল অঙাংসিদি করিসু খঙজদবনি। অঙাংসি শিরবদি ঐখোয় পাপ পুগনি।

মাইকেল : (নুংঙাইতনা)এলিজাবেদ ঐসু মপানি। মচাবু নুংশিদবা মপা লৈতবনি। ঐসু জেমসপু নুংশি, ঐনা ফননবনি খন্দুনা তৌরবা থবক্তা ঐঙোন্দা নিংঙমদবা ফাওহল্লে। ঐ য়াম্না লানখ্রে।

(কম্লি, সোফাদা ফমথে, ইবোহল ফিংনা চংঙকই)

এলিজাবেদ : তাদা ইবোহল।

মাইকেল : নঙ ঐবু চৈবা লাকইবনি হায়বা ঐ খংই।

ইবোহল : মাম্নি, ঐ নঙবু চৈবা লাকইবনি।

লিলি : পাবুঙ?

ইবোহল : নুপীমচা, ইমৌনা হায়জবদু নঙগী দেদিনা তাবিরবরা? তারম্মোই। মাগীদি নাপললা মাঙ থাবনি। মাগী পুক্নিসি শিবা নায়দবা অমরগুম্না খনবনি।

এলিজাবেদ : তাদা ফম্বীয়ু।

ইবোহল : ইচন নুপী, ঐ ফম্মরোই । নঙগী নুপা থম্মোই পান্দবা, মচা মমৌ নুংশিবা খঙদবসি অমুক্তং চিনসিনা পেয়নবা চৈরম্মগা চৎত্রগে।

[redacted] [redacted]

মাইকেল, নঙগী নচানুপা জেমসনা ৱোজী কায়নখিবদগী চাগনি থক্নি খঙদনা অঙাওবগুম ঙাওচৎনদুনা লৈরগা মপা ওইরিবা নঙনা সোফা মথকসিদা নুংঙাইনা ফমদুনা লৈথোকলি।

হায়য়ু মাইকেল, মঙগী শেলগী নাপল, কাংলুপকি অখুবা মিৎয়েংদু কয়াম কুইনা লৈখিগদৌরি? লুপা কয়াগী নাপলনো নঙনা নমৌ নুপী হাৎপা ঙস্মীবদো। নবুকথোক্কি নচা ফাওবা ইঙ্খোকপা ঙস্মীবা নঙনা ফস্মীবা চৌকিদু করম্বা চৌকিনো? হৌজিক নঙগী করিদি লৈহৌরি। করি অমুক তৌখিগে খল্লি? শিঙ্গ্রগা লৈবাক ওনঙ্গ্রগদবা হকচাংশিংসিদা কাঙলুপকি খেন্নবা করি অমুক লৈখিগদগে?

(মাইকেল হৌগৎলগা ইবোহলগী মনাক্তা চংশিল্লি, ইবোহলগী মরেঙবান্দা পায়)

মাইকোল : মরুপ ঐ লানথ্রমাল্লে।

ইবোহল : (শাওনা হন্দোকঅগা) লাল্লি হায়গনু। নঙনা তৌখিবশিংদু অচুম্বা ঙাক্তনি হায়য়ু। পুন্নমক শিগ্নবদা নঙনা লাল্লি হায়রগা শিগ্নবশিংদু অমুক হিংগৎলকউ হায়বা য়ারোই।

মাইকেল : ঐ তশেঙনা লানথ্রে। (মখোল থোক্লা কপ্পি)

(ইবোহলনা চঙশিন্দুনা মাইকেলবু কোনশিল্লি)

ইবোহল : (তপ্না) মাইকেল নঙনা হৌজিক কপ্পনদি করিমত্তা কান্নরোই। কপ্পগী মহুত্তা চৎলু, জেমস লৌশিনবীরু। পীক্লিবা নশুসি য়োক্লগা নঙনা লঙজখিবা পাপশিং অদুগী প্রাইচিৎ তৌ।

মাইকেল : (মপি তৈথোকঅগা) অদুদি চৎসি ঐবু লমজীংঙু।

(জেমস ফিংনা চংঙকই)

জেমস : (লিলিদা) লিলি কদায়নো অঙাংদু ঐঙোন্দা পীরকউ।

লিলি : অদুদি অঙাংসি পুরগা নঙ কদায়দসু চৎলোয় হায়য়ু।

জেমস : চৎলোয় - কদায় ঐগী ইচা পীয়ু।

(জেমসনা লিলিদগী অঙাং লৌই)

(অঙাং কপ্পি)

জেমস : কপকনু, নঙনা অদুম্না কপ্লগা ঐনা করম্না খাঙগনি। ঐগী মমল য়াওদ্রবা পুন্সিবু নঙনা মমল পীবনি। নঙতনা ঐবু হিংহনবনি। কপকনু, ইপাগী ইবুংঙো কপকনু।

(অঙাং হেন্না হেন্না কপ্লকই)

করিগী কপ্পনো? ঐ লৈরিসিদি। ঐগী পাম্বোম মনুঙদনিনে নঙনা লৈরিবসে। লৌ ইপাগী পাঙ্গলসি, য়াম্না থুনা চাউরো, নঙ-ঐ চঙদুনা কাঙলুপকি য়েঙথিনবসি মুখথসি।

(জেমস চৎখিগে তৌই)

মাইকেল : জেমস, নঙনা চৎকদৌরিবদু কদায়দনো? নখোয়গীদমক ইপা লৈরিবসি কাউরবরা?

জেমস : দেদি, ঐদি দেদিগী কনাসু নত্তে।

এলিজাবেদ : করিনো নঙনা হায়রিবদো? নঙদি ঐখোয়গী ইচানি। কদায়নো অঙাংদু ঐঙোন্দা পীরকউ।

(জেমস হন্দোকই)

জেমস : ঐখোয়দি নখোয়গী কনাসু নত্তে।

এলিজাবেদ : পীক্লিবা অঙাংদু নঙনা করম্না য়োকনি? পীরকউনে কদায়নোনে।

জেমস : নখোয়না ইম্মোকপিখিবা রোজীনা থম্লম্বা ইচাসি নখোয়না করম্না পম্মগনি?

মাইকেল : জেমস।

জেমস : দেদি মতম অমদা শিখ্রে হায়দুনা ইম্মোকপিখ্রবা ঐবু করিগী নিংশিংবিবনো? ঐদি দেদিনা ইম্মোকপিখিবা নুমিত্তুদা শিখ্রবনি। ওসি দেদিগী মাংদা লেপ্লিবা জেমসসিদি অতোপ্পা মপোক অমগী জেমসনি।

মাইকেল : জেমস মচাশিংনদি মমা মপাশিংগী মফমদা লানবদি য়ারগা মমা মপাশিংনা মচাশিংগী মফমদা লানবদি য়ারোই হায়রিবরা ? নঙগী মস্মি দেদিবু কাউবরনে নঙবো ?

জেমস : মস্মি দেদিদি মচাদা লানফম থোক্তে। ঐনা মস্মি দেদিগী মফমদা লানবনি। মচাশিংগী মরালদি মমা মপা ওইবশিংনা করিসু নত্তবনি খন্দুনা ঙাকপিখিবা ঙাক্তনি। অদুবু দেদিনা ঙাকপিখিদবা ঐগী ইরালদি মপোকসিমগী অদুম লৈরসনু।

(জেমস চৎখিগে তৌই)

লিলি : (কপ্লি কপ্লি) জেমস নঙ কদায় চৎপনো ? পীক্লিবা অঙাংদু মমা য়াওদনা নঙনা করম্না য়োকদৌরিবনো ? মরাল লৈজদবা, করিসু খঙজদবা অঙাংদু নঙগী অশাওবগী মৈরীলক্তা লঙশিনগনু। ঐ নঙগা পোকমিন্নবা নচন্নি। ঐ অঙাংদুগী মনেনি (Aunty নি)। রোজীনা থম্বীরম্বা অঙাংদু ঐনা নঙোন্দগী নীজরগে। ঐঙোন্দা পীবীরো। ঐ অঙাংদুগী মমা অমা ওইজরগে।

জেমস : (খাঙফম খঙদনা) লিলি, করিগীনো নঙনা ঐগী থবাইগা হকচাংগা কায়নৌ হায়রিসিবো ?

লিলি : মমাগী নুংশিবা য়াওদনা করম্বা অঙাংনা হিংখিবা য়াওবগে ?

জেমস : লিলি।

লিলি : ঐ নুপীনি, মমানি। রোজীনা থাবীরম্বা লৈরাঙ চারসি হিংহন্নবগীদমক মখোঙ শোমদুনা ঈশিঙ চায়নবগী হক অদুমখক্তদি ঐঙোন্দা পীয়ু।

(ঙায়হাক তুমিন্না লৈনৈ)

জেমস ঐনা হায়রিবসি তাবীররোইদরা ?

জেমস : লিলি, লৌরো অঙাংসি, পীরবনি নঙোন্দা।

পুন্সিগী ঈচেলদা কাউশীঙগুন্না তাউথরিবা মীওইবগী পুন্সিনি। পুন্সিগী হীদেনসিদা খঙহৌদনা থেঙনখিবা রোজীনা

শিন্নরম্বা নুংশি খুদোলসি মমা মপানা মিরাইবীরবা মচা অমদি ওইহনগনু। ইচাসি নাগা, কুকি অনিগী অপুনবা শক্তমনি।

(জেমসনা অঙাং লিলিদা পী, লিলিনা অঙাং লৌই)

লৈহৌরোকো ইপাগী ইবুংঙো, ইপাদি তাইবঙপানসিদগী লাপ্না চৎলগেকো।

(মখোঙ থাংবা হৌই)

ময়াম : (পুন্না) জেমস।

(পুন্নমক লেঙদনা লেপ্নী)

(ওফতগী ঈশৈ শক্রুকই, লোয়ননা) মীগা মীগা খেন্নদে, জাং বীজাং কনানা কনানো, ঐখোয় পুন্নমক ঈশ্বরগী মচা ওাক্তনি, ঐখোয় তাইবঙ মীনি। চীঙদা চাকলিবা মৈজাওসি ঐখোয় মুখৎমিন্নসি, চীঙমী তম্মী মচিন মনাওনি। ঐখোয় হিংমিন্নখিসি।

(তপ্না তপ্না ফিজঙ হায়জিনখি)

(লোয়রবা)

## অইবগী ফোংখ্রবা ড্রামাশিং

১।　বর ইন্টরভিউ　(১৯৭৮)
২।　ইচাশা ইপা লম্বোইরগে　(১৯৮৪)
৩।　করিনুংগী নুপী লোঙ্গরুরবা　(১৯৯৪)
৪।　হিংমিন্নবৈ মহুৎ শিমিন্নবা　(১৯৯৪)
৫।　ঐ মমানি।　(১৯৯৭)(অনিশুবা খুৎনম ১৯৯৮)
৬।　কনানা কনানো।　(১৯৯৮)

## রেডিওদা শন্দোকখ্রবা
## অইবগী ড্রামাশিং

১।　অঙাওবীসে ঐগীদি ইমানি।
২।　কনাগীসু মরাল নত্তে।
৩।　নাইনু অমা
৪।　বাহং অমা
৫।　থম্মোইগী লীপুন
৬।　অহঙ্গাওগী ইমুঙ　(ইমুঙ মনুঙ লীলা পরিং)
৭।　চাউথোইগী য়ুম　,,
৮।　হিংমিন্নসি　,,
৯।　মসিনা পম্বুংদি নত্তে　,,

## শান্নখ্রবা অইবগী শুমাং লীলাশিং

১।　ঈগী পল
২।　মৌ অহুম
৩।　মখোঙ তরাগী চৈঙাক
৪।　অনুতাপকি মৈরি
৫।　তৎলুরবা বীনাগী তার
৬।　পুম্সিগী হীদেন্দা ঙায়হাক্তং
৭।　কংখ্রবা ঈচেলগী তোর্ব্বান
৮।　মঙলানগী তাইবঙ।

*অতৈ কয়া অমা*

## রূপমহল থিয়েটর, ইম্ফালনা শাম্নবীখ্রবা অইবগী ড্রামাশিং

১। বর ইন্টরভিউ (১৯৭৭)
২। হাইগংলোং (১৯৭৭)
৩। ইমাগী মমৌ (১৯৭৮)
৪। ইচাশা ইপা লম্বোইরগে (১৯৭৮)
৫। ঐ মমানি (১৯৮২)
৬। করিনুংগী নুপী লোঞ্জরুরবা (১৯৮৪)
৭। হিংমিন্নবে মছুৎ শিমিন্নবা (১৯৮৬)
৮। ইকাইখঙদে মাইথাবা (১৯৮৭)
৯। লৈইসিগী ঋাংমেদনি (১৯৮৮)
১০। মীহাৎপা কনানো (১৯৯০)
১১। ইচাগী মরাল নত্তে, ঐগীনি (১৯৯২)
১২। মৌ ইন্টরভিউ (১৯৯৬)
১৩। কনানা কনানো (১৯৯৬)
১৪। মেরিয়েজ ব্যুরো (১৯৯৭)
১৫। কনাগীদমক্লো (১৯৯৮)

## এমঃ জিঃ এমঃ থিয়েটর,
## ঋাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপাল, ইম্ফালনা
## শাম্নবীখ্রবা অইবগী লিলাশিং

১। মৌ মরি (১৯৭৮)
২। তরাগী চৈখে (১৯৭৯)
৩। নমাংসু লাং নতুংসু তেন (১৯৮০)
৪। ইতৈমা (১৯৮১)
৫। নোংলে নুংশিৎ (১৯৮২)
৬। ঈচেলদুগী ঈরৈদুদা (১৯৮৩)
৭। ঙমখৈগী ঋাথোক (১৯৮৫)
৮। গেরুবা টুপি (১৯৮৭)
৯। অরোনবা মৈরী (১৯৮৮)
১০। পিরাং (১৯৮৯)
১১। ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোয়রে (১৯৯১)
১২। মৌ থিবা (১৯৯২)
১৩। ইচাশা তোঙান চানরো (১৯৯৩)
১৪। মংলা তাইবঙলা (১৯৯৬)
১৫। লুহোংবা মথেল (১৯৯৭)